# খোঙ্হাং য়ৈরক্কে থম্মোয়দগী

ওল্ মণিপুর লিরিক্সিস এসোসিয়েসন, ইম্ফাল

# খোম্থাং ঙৈরক্কে থম্মোয়দগী

লেংশিন্‌বা : দোনেশ্বর কোন্সম্

ওল্ মণিপুর লিরিক্সিস এসোসিয়েসন, ইম্ফাল

ENTERED

# খোঙ্গাং য়েক্নকে খমোয়দনী

মণিপুরী মতম্ চৈশৈগী খোম্জিন্বা লাইরিক,

খোম্জিন্বশিং : দোনেশ্বর কোন্সম,
থিংবাইজম, সরতচন্দ্র
সুনিতা থিয়াম,
পুইন্দ্রপতি পলুংবম্




অহান্বা থোঙ্বা : ১৯৯৩
মশীং : ৬০০
কংফম্, থোক্পা : অমলা, ইম্ফাল্
নম্কম্ (মনুংগী শরুক) : পিডি প্রিন্টিং প্রেস,
পাউনা বাজার, ইম্ফাল,
মখুম্ : দুর্লোভ প্রেস, সগোলবন্দ সলাম,
লৈকাই, ইম্ফাল্
অথোঙ্বা : ওল, মণিপুর লিরিক্লিস এসোসিয়েসন,
(অমলা), ইম্ফাল্
মখুম্, য়েক্পা : বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম,
মমল : মখুম্, অঙৌবা লু : ৩৫
মখুম্, অশংবা লু : ২০

ঈরম্ দম্ সিন্নী
শৈশকপা অমসুং শৈশকপীশিংদা

# অাহৌবগী ৱা

ওল মণিপুর লিরিক্লিস এসোসিয়েসন্ (অমলা), পান্দম কয়াগা লোইননা নীংখৎচখিবনি। ঈশৈ মরেকী ওইবা লাইরিক "খোঙ্গাং যৈরক্লে থম্মোয়নগী" হায়না মিংথোনবসিস্থ পান্দমসিগী মথাদা পুথোকচবনি। লাইরিকসিদা শক্ খঙনরবা অমদি লৌনা ইথৎসক্লিবা শৈরেংবা অমদি শৈরেংবীশিংগী শৈরোলশিং য়াওরি। শৈরোলশিংসি লেপ্পাইদবা মতমগী খুন্দোল ওইবা য়াথলগী মমি অমত্তং মীয়ামদা খঙহন্নবা হোৎনজবনি।

বনানগী মতাংদা অশোয়বা থরা য়াওরিবসিমদি পাবিরিবশিংনা ঙাকপিগনি। লাইরিকসি পুথোক্লবা হোৎনবদা অরাবা কয়া থাদোক-পীহনা হোৎনবিখিবা পিঃ ডিঃ প্রিন্টিং ইন্দষ্ট্রী অমদি ছুর্লোত প্রেসকী মুংশিজরবা মরুপশিং ইচীন-ইনাওশিং লোইননা মথুম য়েকপিখিবা বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেমগী মকমদস্থ লমল তোনশিনজরবনি। মথোয়গী মতেংমক নৎলমত্রবদি লাইরিকসি মতমচানা পুথোকচবা ঙম্মদবস্থ য়াই।, লোইননা কোওদোক্লিবা খুদিংমক শৈরেংবশিংগী ওইরিবা শৈরোল-শিংসি খোমজিনবদা শরুক য়াবীখিবশিংগী মফমদস্থ মথোয়গী মমল য়াম্নবা থেংবাংগীদমক তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

৮।২।৯৫ দোনেশ্বর কোন্সম

য়ুমশকৈশা

# ৱাহৈ খরজং

উপন্যাস, ড্রামা, ৱারীমচা, শৈরেং অমদি 'অর্টে ক্ল্যাসিক কয়াগী নাচোম্বা লৈতেংলিবা মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কেন্নি। ফিজরবা, অরাংপা লৈত্রবা নাচোমসিংগী লৈচল অমা ওইনা "ওল মণিপুর লিরিক্লিন এসোসিয়েশন ( অমলা )" না পুখোকচরিবা মতম ঈশৈ ময়েক্কী ওইবা লাইবিকসিংমক্ মীয়ামগী মকমদা খুদোল তমেজরি।

মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কেন মথেল অমা ওইবিবা ঈশৈ ময়েক্কী লাইরিকসি পুথোকচবগী মক ওইবা পান্দমদি কালাবু লুংশিজবা অমদি পামজবা শৈশকপা অমসুং শৈরেংবা অনিগী তংম থানকজরবা মরীছু মীওইবশিংগী থমোয়গী কাটিন-কোয়াদা মতম খুদিংমক্কী ওইনা মাওহন্দনা থম্বা তম্বগীদমক্তনি।

য়াইফরবা চহিসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী নাচোম লৈচল অমা ওইরবা লাইরিকসি মীয়ামদা শিন্নজরি।

লোংজমচা য়াইমা

তাং ৩।২।৯৫

ইরাই

জেনেরেল সেক্রেটরী

"অমলা"

# য়াওরিবশিং

সনামচা গুরুময়ুম্‌



পুয়াম্‌ ইবোম্‌চা সিংহ



সুনিতা থিয়াম

এন, বীনন্দ



কে, দি, দত্ত



লোংজম্চা য়াইমা

বীমাবতি



লন্চেনব মীতৈ



শঙ্গীতা জি



ময়েংবম, হেমাবতি দেবী



দোনেশ্বর কোন্জম্

থিংবাইজম শরতচন্দ্র

# হাওলেবা পুক্নিগী ঋুজিসিদ

মনামচা গুরুময়ুম

হাওলব পুক্নিগী ঋুজিসিদা
হান্নীমু নিয়রোই হুংশিংগী ভিঙ্কা
অহৌব লৈত্রবা রারীসিনু
তাবীমু হায়্ররোই নঙগী নকমদা।

অহেনবা কনাগা লৈপুল শেম্বদা
তাররোই পিবাং ঐসু নঙগী
তেল্লবা মপোক অসিদা
পীরোই অমুক নঙোন্দ অরাবা।

য়েংলগা পেঙ্গবা মায়থোংহুসু
চংনবীগী ফিজংনা খুমজিল্লো
তানীংবা নপাউসু তমন্ত
হিংলগে অমুক মঙলানলক্কা।।

# লাল্লুরে খণ্ডলবা থম্মোয়সিনা

সনাময়চা গুরুময়ুম

লাল্লুরে খণ্ডলবা থম্মোয়সিনা
ঙাকপীয়ু নিজরি নঙগী নফমদা
লমহেনবী ওইরবসু নঙোন্দা
কনাদসু লীবিসু ঐগী ঙারী ।।

ফোঙদোক্লীংখি নঙোন্দা ঙাহে কয়া
লীথোক্লীংখি পুন্সিগী ঙারী কয়া
ইকাই খণ্ডদবিনি হায়খিনি কিবনা
লোংতুনা থমখি নীংজবা পুম্বা ।।

ইথক্তা হংজে নীংশিংব খুদিং
পুন্সিগী খূরবা লম্বেলসিদা
করিগী থেংনরুবা নঙবু
থৈদোকপা ঙমহৌত্রবা থম্মোয়সিনা ।।

# থেংনখি নোংমা মক্তম অমদা

সনামচা গুরুময়ুম

থেংনখি নোংমা মক্তম অমদা
কান্নখি নোংমা অহিং অমদা
লোইখি ফোঙদোকহৌদনা
তেল্লবা মুংশি য়ারীদো ।।

নোংমা ফোঙদোক্লে চৎখি
হয়েংস্থু লৈরি হল্লকখি
ইকাইবনা ঐগী য়েক্লবা
ওইহৌরে হাঙলবা পুন্সিসিগী ।।

মোমোন নোকপা মায়থোংনদি
ঐবু মুংশি তাকখিবনি
লোন্না য়েংবা মীৎয়েংহুনা
ঐবু তত্তনা কৌখিবনি ।।

# ঐগী পুন্সিগী সাহায়াদা

সনামচা গুরুমযুম

ঐগী পুন্সিগী সাহায়াদা
নঙগী মুংশিবনা লাইজনি
ঐগী পুন্সিগী অতিয়াদা
নঙনা অরংবা থাজনি ।।

আশাগী থুইথরা পাম্বীদা
নঙনা ঈংলবা নোংলিক্লি
পুন্সিগী মযুবা অহিংবু
ঙাম্মোক্লিবা অয়ুক্লি নঙনা ।।

চোকথরা হকচাংবু তেকখৎহল্লিবা
লিরি-হুম্বা মালংনি নঙনা
চম্লবা পুন্সিগী মচুদা
শঙলিবা অঙাংবনি নঙনা ।।

# লোম্না য়েংবদা পেনবা নাইজ্রবা

সনামচা গুরুময়ুম্

লোম্না য়েংবদা পেনবা নাইজ্রবা
ফোঙনা য়েংবদা ইকাইবা ফাওরবা
হৌরবনি ম্নারী সুংশিবগী ॥

কনাগী খোঞ্জেলদা বীনাঙম তারবা
অদুগা তানীংবনা খোয়রাংবা পোক্লব
কনাগী শক্তমদা শুমহৎয়াই য়াওরবা
য়েংল-য়েংলগা পেম্নাইদবা পোক্লবা
সুংশিরবনি নঙনা মাবু হায়ঙমদনা ॥

মৈচাক খাংবদা মুংঙাইরা কাউরবা
মৈশা লাংবনা অহিংবা ওইরবা
পম্বুং য়োরে সুংশিগী লমজেল
অম্নোয়রব ওইরে সুংশিগী ম্নারী ॥

# নুংশিরুইনে থম্মোয় অমতং

সনামচা গুরুময়ুম্

নুংশিকইনে থম্মোয় অমতং
লাংচরুইনে শক্তম অসিদং
নুংশিকমন থম্মোয়না কপখি
লাংচকমন মূর্ত্তিদা ঙায়খি ॥

মীংথেং অমতংগী ঙাইজবকখি
মিনোক অমতংগী খাংজরুখি
ঙাইজকমন লৈমল চলহৌই
খাংজকমন ইদোম তাহোই ॥

মপোক কয়ানো ঙাইখিগদবা
লাংওল কয়ানো লাক্লোইদবা
নুংশিজরুমন ইবালনি থম্না
ঙাইজগে অবোয়বা মীংকুপ ॥

# নুংশি খঙদা চাক্লিবা

সনামচা শুক্লমযুম্

নুংশি খঙদা চাক্লিবা
মৈবিসিগী মৈশাগা
নুংশিৰদা ঙাওরবা
থম্মোয়গী মৈচাক্কা
অনিগী খেন্নবা খঙদবীনি নঙদি !!

তোৰ্বানগী অৱাৰ'
ঈচেল মানা তেংথাবরা
মৈরানবিগী মৈশা
মৈবি মানা খঙ্ৰৱা
ফোঙদোক্তবা অৱাব'
কনানা পিরাং শিন্থকনি !!

পিরাংগী মমল্স্সু
অহেন্বনা লেপ্থোক্পী
থম্মোয়গী মৈচাকস্সু
নুংঙাইবদা কাউথোকপী
নঙনি নুংশি খঙদবী !!

# চীংশাং কোয়বা মালংবা

সনামচা গুরুময়ুম্

চীংশাং কোয়বা মালংবা
নুংশি মপাউ পুরকপর।
করম লেলহৌই তম্বীরম্মু
লোইবী চন্নুবা শকহেনবী
পাখঙ ঐগী চান্নবীদো ।।

চমজরবী মায়থোংদো
নুংশুক নুংজানা লৈহৌবরা
অরুবা মীৎস্না অনিদা
পিরাং পিরোইনা ভাইহৌবরা ?!

লোইবী চীংগী নাপোমদা
উচান পাম্বী মখোঙদা
পাখঙ ঐবু ভাইহৌবরা
কায়না ঈশৈ শকহৌবরা ?!

# কবিগী চংখ্রিবা নঙ্‌না

পুয়াম ইবোমচা সিংহ

কবিগী চংখ্রিবা নঙ্‌না
রাহৈ অমত্তা হায়রম্‌দনা
য়েংনীংক্রবস্থ ঐগী শকফম্‌সে
লাক্‌খোনে বোংমজংদি ইনাক্কা ॥

ঙসিস্থ ঙাইরি ঐদি
মীংলু পীরাং ঈহৌনা
নঙ্‌গী মায়কৈ য়েংতুনা
লাক্‌খিনি থম্না ইনাক্কা ॥

থম্লু রাখল থুদিং
নঙ্‌ত্না লম্‌জীং ঙাইরি
লেপ্পুনা নৈরি 'মাঙ্‌দা
নিংথীবি নঙ্‌গী শাক্‌ফম্‌দো ॥

থোঙ্খাং য়ৈরক্রে থম্মোয়দগী

# মায়থোংহু নত্তে পাম্লিবা

পুয়াম্ ইবোমচা সিংহ

মায়থোংহু নত্তে পাম্লিবা
মিনোক্তু নত্তে খোয়দাম্লিবা
চম্লবী নংগী ক্লাঙাংহল্লি
ঈংলবী নংগী থম্মোয়হল্লি ।।১

তঙাংলবী সনাগী কুচুদা
মনি মুক্তানা লৈতেংলবা
থাজমানবী মায়থোংদো
পামজদেনে ঐগী থম্মোয়না। ।।২

হৈনম লৈনম চূরবা
ঈংলবা মুংশি নশাইগোম্
ইংলবা লকামুংগী য়াম্লা
খোয়দাজেনে ঐগী থম্মোয়না। ।।৩

# করি য়াবু হায়বনো

পুয়াম্ ইবোমচা সিংহ

করি য়াবু হায়বনো ?
করি রাখল' থম্বিনো- ?
ঐগী মায়থোং য়েংনা
মুংশি মিনোক্ তম্বদি

লোয়া লোয়া য়েংছুনা
মোমোন্ মোমোন্ নোক্পদি
ঐগী থম্মোয় লৈতম্দে
শক্থঙ্দবা নঙবু কনানো ?

ঐবু অসুম্ লাক্লোয়া
নঙগী রাখল্ তুংইয়া
মুংশি হায়নবু হায়ড্রিঙৈ
মীংকা মীংকা মীংচানড্রিঙৈ ।

# নদোম্ তুমিন্ লোন্না য়েংহুনা

পুয়াম্ ইবোম্চা সিংহ

নদোম্ তুমিন্ লোন্না য়েংহুনা
কাদি ঙাংদা কনাবু ঙাইরিবা ?!

পোমশাংনরে লোন্না লৈশাংসু তন্নে
খাংহৌরে মৈচাক্' মুংশিরুবই কনাবু
নদোম তুমিন্ লাক্লরোইদবা মাবু
লাকনি খন্না ঙাইহোরে খৌরাংনা ।।

খঙ্মোয়গী নাপল, মুংশিগী চৈনা
তুংওইননা ঙাই'রকপা ওইহৌরে অরেম্বা
লৈনম য়াওদা লৈহি চেন্দা
লৈকংলাগী পুন্সিগুম হিংহৌরে নঙনা ।।

# ঐনা মঙোন্দা কয়াদা ইকাইজরিবা

সুনিতা থিয়াম্

ঐনা মঙোন্দা কয়াদা ইকাইরিবা
ফোংদোক্লবসু নত্তে লোন্না মুংশিজবনি
কনা খংহন্দনা থম্মোয়দা লাংচবনি ॥

থেংনখি কয়ারক্ লম্বী শরক্তা
ইকাই-মুংশি য়াম্লনা য়েংজবা নক্তনা
থম্মোয়ম্গী যাৱা হায়জবদি ঙম্দে ॥

পুন্সিগী থাশি কযাবক্ হৌখবে
খৌবাংলবা থম্মোয়না ঙাইজরি পুন্নিমা
নংগী শক্তম্নি লাংচবিবা থম্মোয়দা ॥

# লোপ্পা আশির্ব্বাদ পীজরি

সনিতা থিয়াম্

লাপ্পা আশির্ব্বাদ পীজরি
নংগী য়াইফ মঙ্গল্গীদমক্
নংবু মুংশিজবা থম্মোয়না
ননাক্তা লাক্পম্মু ঙম্দরে ।।

নাইতোম্ পোকপী থাদোই
পম্মৈগী য়ান্না হিক্তোক্পীম্মু
মাপ্পা কাদা য়োরগা
পলেম্ পম্মৌ অনিগী
লমল্ শিংবা শক্লরো ।।

নংগী য়াইফবা উরগা
নীংবা থংবা শক্লগে
মীমান্নত্রবা ঐগী পুন্সিবু
থম্মোয় শেংনা মুংশিবিরম্বা
নংগী লমল্ তোল্লবনি ।।

# লোপ্‌খোক্লৌংদা লোপ্‌খোক্‌পা তারে

সুনিতা খিরাম্‌

লাপ্‌থোক্লৌংদা লাপথোক্‌পা তারে
হন্নৌংদনা হন্নগে
হুংশিরুবনি থম্মোয় শেঙ্লা
কোঙদোল্‌বনি চল্লবা মীৎয়েংনা ॥

কো'ঙম্‌দনা কোঙ্‌দোল্‌বগা হুংশিবা
তম্লাং-তশোইবা রাখল্লা
পুঙম্‌দ্রবা থম্মোয়বু থেম্‌জিল্লবগা
লাপ্‌থোক্লৌংদা লাপ্‌থোক্‌পা তারে ॥

ময়েক্‌ শেংখিদ্রবা হুংশিবা
নীংশিংহুনতা লৈরে হুম্মিংতো
খঙ্লূদবনা লান্‌থরে নকম্‌দা
রাবৌগন্নু মীংকুপ 'মগী খোঙ্লোই ।

# ঙ্রাহৈ অমগী ইরাল্‌না

স্‌নিতা থিয়াম্‌

ঙ্রাহৈ অমগী ইরাল্‌না
পুন্সি-চন্‌গ্না কপ্‌হল্লে
সুংশিগী অহান্‌বা শৈহৌদা
থেংনখিবা সুংশিবা মহাক্না ।।

ঙাইবম্বর়া লাপথোক্লীংবা থম্মোযদা
করম্না ইরাল্‌ পীসিগে
ঐগী চম্লবা থম্মোয়বু
ইরাল্‌ শিম্মু পেন্নবা ।।

হাংদোক্‌পীরম্বা সুংশি চেনা
খুম্‌জিনবীনবা কনা নৈতবে
হাংলবা থম্মোয়গী লমাযসিদা
যেক্‌হৌবে মহাক্কী শক্তম্‌ ।।

# শোক্না থোক্‌এ পো ক্কোঙ্‌লসি

এন্: বীনন্দা

শোকা থোক্‌এ পো ফোঙ্‌লসি
তীং তীং লাক্টবে থম্মোয়সে
ঙাইজরম্বসে নঙ্‌তনি, হো নঙ্‌তনি
নু‌ংশিজবসু নঙ্‌তনি, পাম্‌জবসু নঙ্‌তনি ।।

নীংথীববি মায়থোংতুদি নৈচিল্লকী থাজনি
লোংখিনু মায়থোংদো শম্নাংতুসু হাইগংলু
উদ্‌বদি শক্তম্‌দো লাংতক্লনি পুক্লিংসে
লোন্না লোন্না যেংলকুউ মীংয়েংতনা থঙ্‌নসি ।।

অচৌক্‌পাসে থ্‌গায়ন্ত নঙ্গী খুজি মথোলনা
লোম্নোক্তবা থম্মোয়নি ঈঙ্গিংতনা থঙনসি
নুংশিবদি থম্মোয়ননি ফোঙ্‌দোক্কুমসি চীনবাংথংদা
নঙ্‌ এক্ত থঙ্‌নসি, থঙ্‌হনগুমসি কনাসু ।।

# চেক্ল্যানি ঐদি চেক্লানি

এন: বীনন্দা

চেক্লানি ঐদি চেক্লানি
পাইজগে ইনীং তৌনা
শংবান্নবা অতিয়াদ
মুংশিজৈ লৌবুক্ লম্খাং
পাম্বজৈ উমং-ল্লামং ।।

লৈনীংদে ঐদি পীক্লবা পোন্‌সিদা
চাজনীংদে নঙ্গী থু'নাঙ, চাব উহৈ
কোয়না পাইহনা চাজগে অকংবা উহৈ
থক্‌চগে পেম্না লোক্ৰী লাইজ ।।

ঐগী ঙেংথাথোল, তারগা
বৈষ্ণব হায়না কৌবিরম্নু
ঈশ্বরবু শোন্‌বনি থল্লম্নু
হেম্নীওইব মুংশি হৈত্রব ।।

# মঙ্‌লেম্নগা চুম্বিত্রবা নোং

এন: বীনন্দা

মঙ্গলম্নগা চুম্বিদ্রবা নোং
মাঙ্গখরে নঙ্গদি হাঙ্‌লবা অতিয়াদা
লৈত্রক্‌ চংলে ঈথৌ-লাংবী মালেম্‌দি
নৌনা য়েম্লিং হুন্দরে হৈপাল্‌ লৈপাল্‌ ॥

অশুক্‌ কুইনা ভাইজরকপা
নোং পুবা অমুবা লৈচিল্‌
মীনুংশি থঙ্‌দনা লোংখিনি খমুদে
পঙ্‌লবা ঐগী পুক্লিংসিনা ॥

নোংমা করিগুম্বা চ্‌বা খোক্লবা
চাম্‌থোক্‌উকো নোং নঙ্‌না
চাক্‌থবা উংকী মপৈ-মপৈসে
চংলনি ঐদি নঙ্‌বু ভাইরবোই ॥

# থরান্মিচাক্ হে থরান্মিচাক্

এন্ঃ বিনন্দা

থরান্মিচাক্ হে থরান্মিচাক্
নঙদি শোয়দনা উবম্গনি
ঐগী মুংশিরবী ইমাদো
করম্না লেপ্লি তম্বীযুনে ?

কুমগুল ময়ায়ে উখিদবা
মপাউস্থ কুইবে তাখিদবা
লৈবিববা মাবু মালেম্সিদা
নঙদি শোয়দনা খঙ্লমগনি ॥

বিধী মানা তম্নম্দ্রব'
ওইনজবা ফংদবে মাগী মফম্দা
মুংডাইফম্ খঙদে ঐগী পুন্সি
হিংনীংদবে হিংনীংদবে মী ওইনা ॥

# শক্লোই ঐদি অরাবা ঈশৈ

অনুঃ বীনন্দ।

শক্লোই ঐদি অরাবা ঈশৈ
য়াজগে হায়না মুংশি'বা নত্তে
কপ্‌চবা ওয়োই ইনীং তম্না
মুংশি মৈশা লাংলসু
কনাদা করিগী হায়রুনি ?!

থম্‌থিনি নঙ্‌বু পুক্কিং লৈকোল্‌দা
শকৃথিনি মুংশি ঈশৈ নঙ্‌তম্বী
থরায়না উকুল ওন্দুনা
তিন্দ্রিফাওবা মঙলৈবাক্তা ।।

চীরুবা ঐগী য়াখল্ লৈকোল্‌দা
নঙ্‌বু ঐনা পুন্থনা চংকনি
কনাস্থু ঐবু থিংবা ওয়োই
মুংশিবা নঙ্‌সে ঐতম্বীনি, ঐতম্বী ।।

# লাকস্নু য়াদে নাকেন্থা

এন্‌: বীনন্দা

লাকস্নু য়াদে নাকেন্থা
ঙাইবদা য়ারে য়েম্লিংথা
মল্লবা ফিজোল্‌ হোংবিরে
হায়জবা ঙম্‌দ্রু’ মালেম্‌সে ।।

হুংশি হৈতনা হুম্মরে
অশিং-অরাম্বা মহাক্‌স্নু
মায়কৈ খঙ্‌হন্দ’ শিংলরে
নোক্‌চবা ঙম্‌দরে মালেম্‌সে ।।

মরু কংলবা উপাল্‌না
অরোয়বা মৈরিবু ঙাইরিবা
লাম্না উবীরে খঙ্‌দবনা
হৌনশানি খনবীরে নাকেন্থাগী ।।

# নঙ্‌বা ঈচেলনি ঐব তুরেল

এন্‌ঃ বীনন্দা

নঙ্‌না ঈচেল্‌নি ঐনা তুরেল,'
নিংথাইহৌরি তোর্বান্না নঙংলাংগী,
নঙ্‌না লিরি তুম্লিবা মালংনি
ওল্লাংথানি ঐনা ওল্লাংথা ॥

নঙ্‌না লৈচিল্‌নি ঐনা হাঙ্‌লা অত্তিয়া
ঙম্‌খৈ লৈত' শান্দাক্লি নহাক্কী,
নঙ্‌না ঙাল্লি লঙ্‌লবা থরানুঙম,
শুক্র-মন্নবা ঐগী পুন্সিদা ॥

নঙ্‌না লিক্লানি ঐনা শীঙ্গারৈ
লৈমল, চন্দ' কেল্লিবা খা'ঙম্‌দনা,
ঐতগীনি খল্লব' ওইরমদ্‌বা নহাক্লি
মহৌশানি খল্লগা পেল্লসিরা থম্মোয়না ?

## নোংয়াই ঐগী নোংয়াই

এনঃ বীনন্দা

নোংয়াই ঐগী নোংয়াই
নঙনা করম্ লেপ্লিবা
ঐদি নঙবু ঙাইরিব্রে
লাক্লো নঙবু লাক্লো ।।

গুরু-মন্ত্রবা অহিংসিদা
লম্মুক্রবরা নহাক্' ?
মনা পুংলা উপাল্ শিংনা
নঙগী লম্বী তাক্লি
লাক্লো নঙবু লাক্লো ।।

অরৎপা মৈতনা চ্রিবা নোংনা
থাম্নবরা নহাক্' ?
লেপ্তনা হুন্নিবা মালং তুংইন্না
লাক্লো অহিংসে হৌখিদৌরে ।।

# নুংশিবা নঙ্গী তাইবঙ্সে ঙক্‌ই

কে: দি: দত্ত

নুংশিবা নঙ্গী তাইবঙ্সে ঙক্‌ই
য়াইফখিবা কয়ানা নঙ্বু পুজা
মায়থীখিবা কয়ানা নঙ্বু শাপ,
অয়েংবা লৈশিংগী, অঙৌবা চান্নগী
নুংঙাইবা কুম্মৈ, নুংঙাইবা কুম্মৈ ।।

অহৈবা কয়ানা শৈথারি নঙ্বু
শৈশক্পা চান্মনা শৈশক্লি নঙ্বু
অঙৌবা করাগী মিনোক্ মীকপ,
হংনৈ নঙ্বু করিনো হায়রনৈ,
খঙ্দবা কয়াগী মরক্‌সিদা
ঐদি খঙ্‌ইনে নঙ্সি করিনো ।।

তোর্বান অনিনি নুংশিবা নঙ্গী
কায়নবা অমনি, থুংনবা অমনি
ফুবা দমাগ্নি, চাক্লি ফিনিবা
বসন্ত ঋতুনি, কংলবা উপাল,
হয়াও মিনোক, অন্নাবা চেংথাখোল্
যৌবনা নঙ্গী ঈচেলনি ।।

# থম্মোয়বু মরাল শীরম্নগা

কেঃ দিঃ দত্ত

থম্মোয়বু মরাল, শীরম্নগা
বিদায়বু পাম্‌জনা চৎপ্রবী
ন্নারী' অসিনা তারগা
নংদি পিরাং শিন্থগম্নুকো ॥
হায়জবা পুম্বা তাবীখিদে
ইরাল কয়া কয়া শীহ্লনা
নাইতোম্‌ ছন্দোক্লম্বী ঐবু
হাঙ্লবা ঐগী তাইবঙ্দা
লোম্থোক্তবগুম্‌ লেপ্‌হৌখি
রানীংদবা ঐগী ন্নাথল্‌সিনা
কয়াদা ন্নানা থাত্থিবা
কয়ামুক্‌ চাক্লা লেন্‌খিবা ॥
নংবুতা পাম্‌জবা পুন্সিনা
থাজবা পুম্বা মাঙ্‌প্রবদা
কনাবু অমুক্‌ থাজখিনি
ঐগীনি হায়না তাইবঙ্‌দা
খঙ্‌ই মসিমক্তং চান্নবী
ক'ডম্‌দা মপোক্লি মীওইপোক্‌
অহবু পুন্সিসিদি ওইহৌরে
মৈচাক্তনা মশরুক্‌ ওইরবা
লৈক্রুক্‌ চংলবা মরুভুমি ॥

## মৈতৈ চনুরা শকহেনবী

কেঃ দিঃ দত্ত

মৈতৈ চনুরা শকহেনবী
তাংথক্ নাইবী যৌবন্ হকচাংনা
মতম্গী সুরদা থেক্লা-থেক্লা
শারি জগোই ঈগ্নাংগী ।।

চংনা লোলচংকী রাংমদা
ফিজেৎ চাক্চাগী লম্জেল্দা
ভাঙ্না শঙ্লবা চীন্বাল্
মূনা য়েক্লবা মীৎম্না
কল্লক্পা পোক্লবা ফিজেৎতগী
হৌবক্পা ঈনোংকী মৈখিনা
জাতি পূম্বা মৈরাউরে
নিংথম্ অহিং ওল্লাংলে ।।

ফজবী শাওংনি শুম্নাংপী নাওনি
কে মৌনা নঙ্গী হকচাংনি
পাম্জনা মপোয়গী রাথল্দা
নম্হংলবসু মৈতৈ থম্মোয়
মালেম্ অসিবু খোঙ্নেৎনবা
য়োবা ঙম্লবা মখোয়সু
অথোইবী নোংচুপকী শক্হেন্নী
ঐগী থম্মোয়না পেঙ্গগে ।।

# চোইজাইনবী নঙ্গী শম্নাংদুনা

কেঃ দিঃ দত্ত

চোইজাইনবী নঙ্গী শম্নাংদুনা
খোম্জিনবীনবা লৈতরগুম,
লোইশিন্বীনবা য়াওদরগুম, হুম্নক্পদা,
হৌবক্লে নোংলৈ পুন্সি ঈপাক্লা
শাগৎলম্লে ঙাওরবা ঈথক্ ঈপোম্ ।।

কল্লবা ঈথক্ কয়াদুনা
হম্না হম্না তোইনা তোইনা ফেংলক্পদা,
মচেৎ তাবে কায়রে রাশক্,
লুপ্হল্লে ঐবু মুংশি ঈরৈদা
তনীক্-তনীকপা ফাওরে এগী হবচ' ।

চীন্বালগী শাথেক ঙাংলকপা রাঙা'
ওইহনবীরে মীগুম্বা লাইরবা বীনাগী সুব
হাইনা হুম্বা নংগী শাথেক্লা
ওইরবে এগী কো'ডমদবা পাউখোং
হায়য়ু নংবু মুংশি' শায়োল্লা ?

# ঐগী খন্নোয় হয়াঙরে

কেঃ দিঃ দত্ত

ঐগী খন্নোয় হয়াঙরে
য়াখল, ঐগী মুংঙাইরে
পুন্সিদা অহুম্না থেংনবা
অমুক্তা থেংনদি ঐদি ।।

থেংনরুরে মুংশিবা মাগা
উনরুরে পাম্বুবা মাগা
মতম্ কয়াগী লীনীংবা য়ারী
অমত্তা থাক্তা শারুরে
খোৗরাংবা কোক্নে য়াখল্গী ।।

শানীংবা পোক্লে জগোইশু
শক্লীংবা পোক্লে মুংশি ঙৈশৈ
করম্বা মতম্, অমমা লাক্লগা
মুংঙাইবা মঙ্লান্সি নংঙ্গনা
তাইবঙ্দা নঙ্গা থুংনগনি ।।

# ঙৌনা ফজবি অমুবি চাকথেক্পী

কেঃ দিঃ দত্ত

ঙৌনা ফজবী অমুবি চাক্থেক্পী
লৈশাবী অনেম্বী লৈশাবী অম্লাঙ্বী
নোয়বপ্তোবী অনোয়বী য়াম্লংবী
পাম্মী মুংশি নখোয় খুদিংমক্ ।।

মখল্ কয়াগী লৈশা নখোয়বু উবগা
লৈঙম্দে লাংতক্লরে থম্মোয়সে
অমবু য়েংলিঙৈদা অমা নাম্থোক্থিব্রা
অমবু উনবিঙৈদা অত্তোম্না উহৌবোইদ্রা
অমুক্তংদা অমমমতা উনবা ঙম্বা
মায়াগী শক্তিদো পায়রক্লে
শ্রীকৃষ্ণগী বাশিংবু থিবা হৌবক্লে ।।

মহাকীনা গুম্লাংগী মীংম্বা
মহাকীনা নোংথাঙ্গুম্বী মিনোক্
মহাকীসু লাইগুম্বী চীন্‌বাল
শম্লাংগী য়াবোল নীংথৌবি শাবান্
কপ্সু কপ্নীংই নোক্সু নোক্নীংই
অমতা থাক্তনা ইতোমতগী ওইনীংই
অমর ওইনীংলে ঐগী পুন্সি ।।

খোম্থাং য়ৈবক্লে থম্মোয়দগী ৩০

# সহরগী নীল খোংবা মরক্তা

কেঃ দিঃ দত্ত

সহরগী নীল খোংবা মরক্তা
লৈশাৎ তম্নরে লৈরাং শিরোই লিলি,
শিরোই চীংবু থাদোক্লম্নগা
গম্লাথক্কী পূন্সিবু পামজনা ।।

লৈরাং' খোঙ্‌দোই হুন্নক্‌পা
চীংগী হারিনা কপ্‌হৌই,
মতারোই তাম্নানা তুম্লিঙৈ
পাংলক্‌খি ইম্ফাল,' দলানথক্‌,
কপ্না কপ্না খাংলবোই
চীংগী নাপোম, নীংশিংনা ।।

ইম্ফাল্‌গী কল্লবা মীৎয়েংদা
শারদা নীংশাশ্বরগী মৈশা
মম্লবা কাগী কাচিন্দা
থুইথরবা লৈনা কয়া
শীঙেল, লৈশক্‌ ওলহল্লে
গম্লাথক্কী শিরোই লিলি ।।

## মীনুংশি খঙ্ জবা নফম্ দই

কেঃ দিঃ দত্ত

মী নুংশি খঙ্ জবা নফম্ দই
নুংশিবা পাম্ বা থম্মোয়না
পাম্ জখি নুংশি রাহৈ অমত্তং ॥

হায়জখিবা রাহৈ অরেম্বা তাখি
কল্লবা পাউখুম্ গী চৈথেং কয়াদা,
রারোখিবা পুক্নিং খল্লরোই লেপ্পে
কুম্ ওন্দি হোৎরে কাউবদি ঙম্ দে,
ওইহল্লদ্রে মঙ্গ্লাঙদা ঙাওজবা
অর্থ য়াওজবা হক্ চাং পোলাং ॥

অমম্বনা থল্লবা অমাবৈশ্যাই অহিংসে
ওইহৌরে পুন্সিগী মরুপ্নোই,
নুংশি হায়না হায়খিবা রাহৈ কয়া
হুম্ হুনা পুখ্রে নাপল্ গী নোংলৈনা
মফম্, খঙ্ দা অহাঙ্ বদা,
খন্নু থম্মোয়দি কপ্ হৌরে ঙাওহৌরে ॥

# নুংশিবসে মমীং তাঙলক্লে

লোংজম্‌চা য়াইমা

নুংশিবসে মমীং তাঙ্‌লক্লে
উনা উনা উখিদ্রে
অপাম্বা কয়ানা কুপ্‌খিহনা
চাক্লা চাক্লা কায়নরে
মীংলুদ পিরাং শিন্থনরে ।।

অহুঙৈগী নুংশিনবা
মৈতৈ লৈকোন্দা শাংখিবা
খম্বা থোইবী মাইন্নু পেম্‌চা
লৈহৌরেদো য়ারী ওইনা
ওসিগী মালেম্‌ অসিদা ।।

চংলোকো নঙ্‌দি চান্নরবী
নুংশিবা মাবু থাদোক্কুনা
পাম্‌জবা মাগী মকাদা
পুন্সিগী লৈপুল্‌ শেম্‌থুনা
হরাও মিনোক্‌ তম্লুরো ।।

# অনৌবৰী নঙগী মায়থোংদুদা

লোংজম্‌চা য়াইমা

অনৌবৰী নঙগী মায়থোংদুদা
তাৰিবা শন্নাংদো খোম্‌গৎলো
নাঙগী নাইন্ ওইহনা
লোৎলিবা নাচোম্‌দো খঙলক্পা
মীংকুপুদা নীংবা কায়জনি ।।

অৰোন্‌বা খোঙ্‌থাংগী মরুম্‌দা
নাশোন্ পীক্না ইন্নজবী

কাওশীং ওইনা পগ্গনি ।।

কায়ৰবা লুতুংগী শম্বুল্‌দগী
চোইনা তাবক্পা লৈহাও লৈবেল্‌দো
খুঙ্গরুবা কনাগী থম্মোয়না
নীংবা থুংবা য়াওখিবগে ।।

# লোংনা কয়ানি কপ্‌চখিবা

লোংজম্‌চা যাইমা

লোং'না কয়ানি কপ্‌চখিবা
থম্মোয়দা মৈচাক্‌ পুরম্বুনা
য়ারোবা লৈত্রে কনাদম্ভু
সুংশিবা কয়া কায়নয়ক্লে
থুংনরিবা কয়া সুংশিনরম্‌ত্রে
য়ারোবা লৈত্রে কনাদম্ভু ॥

চীক্লবা লৈকোল, কয়াদা
নাইতোম, শাংচবী লৈরাংনা
মীংকুপ, অমা শাংলম্লগা
উফুল্লক্ত কেল্লিবা
নীংবা থুংদনা কেল্লয়ে
য়ারোবা লৈত্রে কনাদম্ভু ॥

কাউরগে থম্না কাউকরে
নীংলরোই অমুক্‌ নীংলুরে
মৈচাক্তুনা ঙসিদি পীররে
পীররেনে নোংহোনা থম্মোয়দা চৈনাখোল,
শিম্বরম্লুনে মীংলুগী পিরাং
য়ারোবা লৈত্রে কনাদম্ভু ॥

# ইম্ফালে সহরগী গলিদা

লোংজম্‌চা য়াইমা

ইম্ফাল, সহবগী গলিদা
নুংঙাই য়াইফবব্‌ তেম্‌শীংনহুনা
চেথী চেগায়লক্তা থাঙলিবসি
মীনি মীনি মাস্থু মীনি
মীনি মালেম্‌সিদা হিংলিবা ॥

কনানা নোক্নি মাবু উবগা
কনানা চৈবি মাবু উবদা
খন্থ'দে মাদি মীংকুপ্‌'মতম্থু মীনোক, মৈচৈংগী
হিংনীংদে মাদি ঐখোয়গুম্না
তাইওন্নরবা তাইবঙ্‌সিদা ॥

মীনম্বা ডাংলগা ওইজবা থিবা
মীৎনা উবা হে মতম্‌গী লাইশা
উজনীংদে ( নখোয়বু ) মাগী মমীৎসিনা
লাপ্পা চৎগ্নো তুম্নো তাক্লো নখোয়
মতম, লোইবে কুমওল্‌ লাক্লে ॥

# চীক্লবা অহিং অসিদা

পুইস্পতি পলুংবম্

চীক্লবা অহিং অসিদা
তাইবঙ্ কনা উট্রিগে
নঙ্গী মোংফম্ অসিদা
মৈচাক্ খাং'বা লাক্লিয়ে ।।

তুম্খুল তাল্লিত্রা চাল্লবা
খোল্লেন্ মঙ্বু মঙ্লিত্রা
লৈঙোই শেক্তাথক্সিদা
ঐবু করম্ খাঙ্লসিগে !!

তাইবঙ্দা হুক্পা ফংহৌত্রবা
হুংশি কুন্দো পরেংসে
হুক্রুম্গে মোংফম্থক্সিদা
লৌবীবু তরাম্না খুদোল্সে ।।

# করম্না লোইখিবা অহিংদো

পুইস্তপতি পনুংবম্

করম্না লোইখিবা অহিংদো
নঙবু নীংশিং তেংথারিদে
অরাবা ঈপাক্ত লুপ্সিদে
অহিংদো লোইখিবা থহুহৌদে ।।

নহাক্না চৎখ্রবা মতুংসিদা
চীক্লবা নিঙোল কাপ্সিদা
হীক্না হীক্ন তেংথারি
থেম্বীনবা নৈত্রনা থম্মোয়সে ।।

নোংমা লাক্‌খিবা ইনাক্তা
য়েংজবা ঙম্‌খিদে ইমীংসিনা
রাহৈ অমত্তা হায়জবা ঙম্‌হৌদে
অরোয়বা ওইহৌরে মীংকুপুনা ।।

# কোঙ্‌দোকে থম্না লৈরিঙৈ

পুষ্পপতি শরুংবম,

কোঙ্গদোকে থম্না লৈরিঙৈ
চাম্বা মরুম্না হান্নম্রে
থম্মোয়দা লোম্না লাংচবা
অরেম্বা ওইহল্লে নঙ্‌না ।।

থেংনা থুদিং য়েংনখি
মীৎয়েং থুদিং নোক্নখি
নঙ্‌গী মীৎয়েং থুদিংদা
থম্মোয়দা মমি তাহন্‌খি ।।

থঞ্জরয়োই মরূপ্‌কীনি থঙ্‌লম্না
থঙ্‌লুদবনা লানখরে নফম্‌দা
রাজ্যোগম্বুকো ইচন্‌গুম্বী নঙ্‌বু
ডাক্‌পীরম্মুকো ইরাল্‌সে নঙ্‌না ।।

## থেংননি থঙ্‌লম্লবা নঙ্‌গা ঐ

পুইস্পতি পলুংবম্‌

থেংননি থঙ্‌লম্লবা নঙ্‌গা ঐ
লাক্লমোই ঐসু লম্বীসিদা
নঙ্‌না ঐবু কৌরক্পা মীংকুপ্তুদা
মঙ্‌লান্‌ ওইখরে ঐগী পুন্সি ॥

মঙ্‌লান্দুদা মঙ্‌লাক্করিঙৈ ঐগী পুন্সিনা
কাউক্লরে ঐদি নঙ্‌গী খোঞ্জেল্‌
নীংশিংলুদে মালেম্‌সে তাইবঙ্‌নি
তাইবঙ্‌' রাখল্‌ মাঙ্‌লুরে মীংকুপ্‌
মোমোন্‌ নোক্লবা, পিরাংনা চোল্লবা
নঙ্‌গী মায়থোং, কায়রবা থম্মোয়
অমত্তা ওইখি মীংকুপ্তুদা
মালংবা মাস্থ নাথৈখি হুমিংতু ॥

# থম্মোয় পোক্লুংফম

জয়শংকর ( কে, সি ) লোংজম,

নঙ্গদি চৎথরে মোমিংথা পুক্না
ইদোম্ লেপ্থোরে নাকেন্থাই উনারক্তা,
নতুং ইন্থরে থাবুম থাজম্ব
ইদোম, লৈহৌরে থাসিগী অহিংসিদা ॥

লৈতুরি ইভাই নোং ঐথী মৌংলুদা
শিজলৈবু শিরাংদে নুংশি নঙ্গ্ থাম্বি,
মংগতরি লানথৈবু থম্মোয় লৈকাম্বুং
কেম্প্রসন্নু পুন্সিসে নঙ্গংলাংগীনি ॥

হাঙ্দোক্লো হাথরবৌই পোন্থী থোঙ্মে
নখুংনা থারম্বা নুংশি পৌরোম্নি,
লোম্মুখা নঙ্গী থম্মোয়গী পোক্নি,
নঙ্বু ফংজবা শক্লা লেম্লগে ॥

## লোইনাইদ্রবা থম্মোয়গী রারী

জয়শংকর ( জে, সি ) লোয়াঙ্

মীরাইবিন্দু নঙ্গনা ঐগী মুংশিবা
ঙাওজরে থম্মোয়সে মুংশি নঙ্তৌরী,
চংখিন্দু নঙ্বু থম্মোয়দই থাগা
ঙম্জরোই হিংবা নহাক্ য়াওদনা !!

অতিয়া মালেম, খুৎশয়া চংলিয়ে
পায়বিরিবা থুংজেৎসে থাদোকপীদু লোয়্মুবা
থরায় হাপ্লরো অগ্রাগী মুঙ্তৌগী তাজসে,
মৈনম, চেনহল্লো বেবিলোন্গী হেঙ্গিং গার্দেন্সু ;
থম্মোয়গী লোইনাইদ্রবা পাঙথোঙ্ ফোঙ্লসি

মুঙ্গাইরকী ঈচেল, ঈপাক্পু তম্লিয়ে
ঐগী পুন্সি ঈচেল্সু নকাদা তিল্লরে
কেকু লোৎলুসি মুংশিবী ইদেন্ গার্দেন্দা
হিয়েল, হোন্লুসি থম্মোয়গী লোক্তাক, ঈপাক্তা
মুংশিগী লোইনাইদ্রবা রারী ইকসি ॥

# নুংশি নুংশি পাম্মুই পাম্‌মুই

জয়শংকর ( জে, সি ) লোংজম

নুংশি নুংশি নুংশিবী নঙ্সে
পংথুংদা নুংশি থম্মোয়দা থাগোক্লে
পাম্মুই পাম্মুই পাম্মুবী নংসে
খোঙ্লোই ওইজগে লাংওন-লাংওন্দা ।।

লেপ্লরে ইনাক্তা তম্‌হংগী নঙ্না
হাপ্লরে থরায় ঐগী পুক্কিদা,
তম্‌হল্লে মিনোক্ অতিয়া মালেম্‌সে,
পাইজরে ভাওজরে পুক্কিংগী ভেলজা
চান্নবী নঙ্‌গী নুংশি অতিয়াদা ।।

ভান্নরে থম্মোয়দা নীংজবা থাজনা
হাপ্লরে সুরবু নুংশি শৈরোল্‌গী,
সুংভোল্লে পুক্কিংসে নিংথৌবী অহিং,
হোল্লরে ভাওজরে নুংশি হিনাওসে
নুংশিগী ঈপাক্তা নীংজবা পম্বুংদা ।।

# তাম্থ্রসু নঙ্না কাউখিনুকো

জয়শংকর ( জে, সি ) লোংজম,

তাম্থ্রসু নঙ্মা কাউখিনুকো
পূকচেল তপ্পবী ইম্ফাল, ভুয়েল,
তোর্বাম্দুগী হাঙ্হৌর খাংপোক্
খাংপোক্কুগী পোনংগী চেক্লা ॥

উরগা নঙ্না উন্গী চীংদোল,
নীংশিংলক্উ কৌব্রু চীংলোন্,
নঙ্গী খুজেং পারহুনা নঙ্-এনা
চীংউ লাইগী খুভম য়ৌমিন্না
লৈপুন ওইসি রাশক্ পরৈনখিবা ॥

খোঙ্দারগা নঙ্মা মহাসাগরদা
মীয়াইখিনু লোক্তাক্ ঈপাক্,
ঈপাক্কুগী হিনাও কয়া
হিনাও মরক্তা নঙ্-এগী হিনাও
হিনাওচুদা নঙ্-এগী পুন্সি ॥

# কায়নবাই মৈচাক

জয়শংকর ( জে, সি ) লোংজম,

মুংশিগী শৈহৌদা কায়নবাই মৈচাক
খঙ্হনবীরে ঐবু নঙনা,
মুংশি নঙনা ইশরক তখীরঞ্জে
নীংবা থুংদবা হায়বদো পুন্সিদা !!

অহান্বা মীৎচানবদা মুংশি পাঙউখোঙ্ চল্লম্বা,
লম্‌তাগী য়াওশঙ্ থাবলদা মুংশি ঈনোং হংল্লম্ব ,
ঈঙেনগী কাংলেন্ মুন্নিংবী লৈ-পরেং, মুংশি খুদোল
ওইরে ঙসিদি, ওইররে মরিচীকা !!

ঊকবা, তারুবা, নীংশিংবা খুদিং
য়েরুবা ওইরে, মৈচাক, হাপ্লে
চাল্লক্লে পুন্সি তাঙোই তান।
নঙতগী হিংজবা মায়থিরু' মপোক্‌সিদা !

কনাবু খোয়দাজরুনি, কনা য়েংনা হিংথিনি ?
মঙলান্‌গী তাইবঙসিদা, নহাক্ য়াওদ্' পুন্সিসিদা
লোনছোক্রবা থম্মোয় রাহৈনা ইজবা মুংশি রারী
লোইশ্রনিদো, লোয়র্নি অসুমা অসুম, ।।

## কুন্দো পরেং লেংদরি

জয়শংকর ( জে. সি ) লোংজম্.

কুন্দো পরেং লেংদরি
লুহোং ফান্.সু চন্দরি
নুংশি হিদেন্ য়োদরি
ঐগী মাদো খঙদরি ॥

শেল্মীৎ য়েংবদা ফাত্তবকপা
মায়কৈ খুদিং য়োক্করে
মীশক্ মীওং থিক্করে
মপা ইচুম্ চুম্দেদা ॥

মকপ্ মপাংগী লুহোংববা
মিংশেল্ কয়ারক্ পায়খ্রে
চাইশেন্ কয়ারক্ পুখ্রে
ঐগী পালিদি লাক্করে ॥

মোটোর সাইকল্ থৌজরি (ঐদি)
জীপ্ কারসু তোংজরি
থম্মোয় থোঙ্দি লোন্দরি
লৈরাং লৈনম্দি ফাওদরি ॥

# করপসন্ ! করপসন্

ভয়শংকর ( জে. সি ) লোংজম্

করপ.সন ! করপ.সন্ !
হাবী জাবী ! খুজ্রু মুজ্রু !
খন্বীগুংদা খল্লো, লৈরোম্মুংদা লৈতারো ॥
ঐগী চান্নবী হেল্লোই ওগ্নহল্লু !
ঐগী পাম্মুবী ছুট শাহন্নু
অমন্বা অহিংদা মথি ফোঙ্হন্নু
মুংশিববু অপান্বনা লাঙ্গোই চলহল্লু ॥
মুংশি শাদানবা কয়া তেঙ্গা থোংহন্নু
শাগৈগী মৌ কয়া হেলেন, ওলহন্নু
নাচোম.গা ফম্দৌগা ওন্না শিন্নহন্গনু
(অথেন্পোৎক তাংবলগা শিন্ন-ওন্নহন্নু)
মীওইবই ইথিহাস কালি তৈশিন্নু !!
ফৌ চেঙ্ চিনি চেনখিন্নু
বিলাটমাটি য়োং য়োংখিন্নু
লূগী ভাদা খোই চোপ.পীন্নু
তুশোন্-মানশোন্নবই চারা মংকনু ॥
জরিপ, লোইদ্রিবৈদা য়ুম্লোম্নবা চাইনহন্নু
শঙ্লেন, শঙ্গাদ্রিবৈদা চেংখায় নিংখাইহন্নু
তেংথা লেপ্তুরিং বোম্ তোপ, ওইরনু
করপ.সন, নঙ.বু শকুনি শারনু ॥

# নঙ্গা অমুক্তং উবনীংবা

জয়শংকর ( জে, সি ) লোখজম্

নঙ্গা অমুক্তং উনবীংবা
উনবা ফংদ চৈনা ওইরে,
নাচোম্ অমম্বং নাপদা থেংনবীংবা
থেংচবা ভম্দ রোম্রন্ চন্দ্রক্রে !!

কাক্তি লৈকোল্দে লৈথন্, অমরে
চাম্নবী নঙ্গুব্ লৈশাং অম্বরো,
ইনাক্তা লেপ্লুনা হুংঙ্গোনবা নপাচ্চনা
পুন্সি নাকেক্সা য়েন্নিংথা ওইহল্লো,
নহাক্ য়াওদ্রবা পুন্সি খোঙ্চংদে
পিরাংগী ব্রারীনি লোইশিন্নুফম্ থঙত্রবা ।।

নোক্মিবা নংগী থাজ য়ায়থোংদো
শাগৈ জাংকী লৈচিল্লা খনগ্রবোই,
ব্রাংমা-ব্রাংমা ওইরে থব্লুনা
হুংশি নঙ্গুদি ঐবু কাঙ্গুব্রবোই,
নহাক্ য়াওদ্রবা ঐগী পুন্সিসে
পোম্বী য়াওদ্রবা পোল্লি থঙ্বিয়ু ।।

## নীংবা কায়রবা লোম্না কাপ্পিবা

থিঙ্জম্চা ইবোয়াইমা খুমন্

নীংবা কায়রবা লোম্না কপ্পিবা
লৈমল্ চনবরবা আশাগী লৈরাং
নদোম্ তরক্লা মুংশি তোর্বান্সিদা
করিগী রাগিবা হয়ু নঙ্না ॥

য়েংবদা থঙ্ই ঐনা লোইনা
উবদা থঙ্ই নংগী নতোদে
নঙ্গুম্বা যৌবন্ প্রেমিকি ঐস্থ
লোংপা য়ারোই নঙ্গী নতোদা ॥

ননীং থুংদবা করম্বা লৈবগে
করি রাথোকানো করি মরম্গীনো
কনানা চুম্মীবা কনানা লাল্লিবা
হায়্যু নতেং পাংলম্গে ঐস্থ ॥

# তাখিবি হায়বা নঙ্গী মুখ

বিন্জমচা ইবোমইমা খুন্

তাখিবি হায়না নঙ্গী মুখ
তাইরি লেপ্তুনা মতম্গী ঈচেল্
পোথারি লম্থাংবা তাইবঙ্ মান্থু
স্নেংলি নঙ্বু লাকপ্রা হায়না ।।

লাক্রো মতম্গী বীনা পায়রবী
লাক্রো মতম্গী থরায় ওইবী
ঈখৌলাংনা তাইজরি ঐস্নু
তাজগে হায়না নঙ্গী শৈশক্ ।।

চেহ্খিবা থোক্লবা মতম্গী ঈচেল
তাখিদনা চৎপ্রবা তাইবঙ্, মাস্থু
তোল্হৌরনি মখোয়গী লমল্, অমা
হন্দকী মপোক্ অসিমগী ।।

# লৈজগে ইতোম্‌তা নুংশি রাখলদা

খিল্‌জন্‌চা ইবোম্চাইমা খুমন্‌

লৈজগে ইতোম্‌তা নুংশিনা
নঙ্‌গী আশাগী মরুম্‌দা
নঙ্‌গী মিনোক্তো উরগা
পেল্লগে পাঙ্‌থবা ঐগী থম্মোয় ।।

ননীং থুংদবা থোক্লবসু
হায়নীংবদো হায়বীয়ু পেল্লা
পেল্লবা কয়া লৈরবসু
চৈনীংবদো চৈবিয়ু তত্তনা ।।

হায়নৈ নঙ্‌বু
থোজাল্‌, হৈবীনি নুংশি চাওবীনি
উহন্‌বীয়ু নঙ্‌গী শাথেক্তো
য়াওহন্‌বীয়ু ঐবু' সুর ওইনা ।।

## থেক্লা খোয়না চেল্লিবী

খিল্.জম্.চা ইবোয়াইমা খুমন্.

থেক্লা খোয়না চেল্লিবী
পুক্‌চেল্, তপ্পী তুরেল্,
নঙ্.বু উরুবদ
লৈনীংথি ননাক্তু ।।

লুববী নঙ্.গী লাইজ ঈচেল্.না
চৈনা খঙ্.দনা হুঙ্গাইবক্তা চেল্লিবী
পম্বু.ংদো খঙ্.নীংই নঙ্.না চৎলিবা
তম্.জনবা নত্তৌ নঙ্.গুম্না ঐস্তু ।।

নঙ্.সু খঙ্.ই অরা হুংঙাই'
হুংশি কায়না মৈশা লাংদবী
ঈহৌরক্.পা মীৎকুপ্. খুদিং চেল্লিবী
অমুক্. তপ্না অমুক্. কল্লা ।।

ফোঙ্.দোক্তে নঙ্.দি তাইবঙ্. কনাদা
থম্মোয়গী চৈনা থা'ঙম্.দ্রবস্তু
তাক্.পীয়ু কবম্না খাঙ্‌বনো
নঙ্.গী পুন্সিনা ঈংনা ।।

# চীক্লে ঙসিদি লম্বীসে

থিঙ্নুজম্ চা ইবোম্চাইমা খুমন্

চীক্লে ঙসিদি লম্বীসে
লুংশিবী নঙ্না চৎলবদা,
হাংহৌরে ঐগী থম্মোয়
পাম্ম্বী নঙ্না তাম্লবদা !!

চোক্থরবা হকচাং
য়েংজখি লম্বীহুদ,
কোয়রাঙনবী মীৎয়্না অনি
লুবাক্না চৎখিবা !!

কৌবম্গন্না খল্লুই
হম্নঙম ঐবু,
এগী ইনাক্ নল্লক্পা
লুংশি নংগী শক্তম্না !!

শিস্থখিবা পিরাং
লুজাগী খজাই তম্না,
খল্লুই ঐগীদমক্তা
অহৈঙবী থোদোক্লো নীংশিংনা ।।

# খুম্ম্ খুম্ম্ নঙ্গী পাউখুম

খিজুজম্চা ইবোমচাউবা খুমন্

খুম্ম্ খুম্ম্ নঙ্গী পাউখুম,
করিগী তুমিন্না লৈরিবনো
করি খল্লিবা হায়য়ুনে ?!

ঙসিনা ঐগী অরোয়বা নুমিৎনি
ওইরপে নুংশি পম্বুং
করি খল্লিবা হায়য়ুনে
পীরো নঙ্গী পাউখুম্ ।।

খুম্মোই খল্লবা রারোম্মু ঐবু
নঙ্গীদমক্ত রাজরক্লবা ঐঙোন্দ
থাজচ্ছনভা নীংজগে
পীরো নঙ্গী পাউখুম্ ।।

# লৈমল চল্লবী লৈরাং অমবা

খিল্লুজম্চা ইবোম্চাইমা শর্মা

লৈমল, চল্লবী লৈরাং অমনা
হংলি ঐঙোন্দা রাহং কয়া
কায়রবা থম্মোয়না নীংঙম্দা য়েংহনা ॥

কল্লিবু ঙায়সিগে কবিবু থুম্সিগে
হ'য়ক্কম, থচ্চদে ংগী থম্মোযসে
ভারগা মাগী রাহৈ কয়া ॥

ম লংগী শত্তমদা তনিক্কা খাঙ্লিবী
লৈথোক্কী নৈবং তিম্ভ' পান্দবী
নাইথনা চংশ্রবা ইচেলদা লুপ্লবী ॥

মীরাগী লুংশিং তম্থীবা মিনোক্
কবম্ম খাঙ্লিবা নংগী পুন্সি
কম্প্লি ঐসু নংগী থন্বদা ॥

# চৎনবী শম্বল্গী ৱাংমদা

বিস্মুজম্চা ইবোয়াইমা খুমন্

চৎনবী শম্বল্গী ৱাংমদা
নুংশিকরে নঙ্বু ঐনা
নুংশি মৈচাক্ খাঙ্হৌনবা
থম্মোয় লাইমন্ ওইহৌনবা ।।

করম্মা ফোঙ্গনি ৱাহৈহেসে
নুংশি হায়না নঙোন্দা
খঙ্গখিবনি লোইদাম্, কয়া
থঙ্বীনবা ঐগী থম্মোয় ।।

মঙ্লান্, কয়াগী আশাদা
নুংশিহন্খি হেন্নহুম্,
চন্নবী নঙগী থম্মোয়বু
ঐগীনি খঙ্গখি ।।

# ঐনা অঙ্গুর মহি থক্লুবদা

নূর রহমান্ নোংজাই

ঐনা অঙ্গুর মহি থক্লুবদা
পাউথোক্‌পীস্নু নখোয়না নিশা থক্‌পনি,
উহৈ ওইনা চাবদা হাওতবদগী
হেন্না হাওনবা (থুন্নবা) শুংলকপা মহিনি ।।

কনাগুম্বী অমা কায়নবগী মৈরিনা
মৈরাইবীরন্নবা ঐগী থম্মোয়সে ঈংনবা
শোল্লবা হক্‌চাংসে পাল্লল, কন্‌খৎনবা
হিদাক্, অমগুম্, ঐনা থক্লুবনি ।।

লৈতুনা চংলিবা পৃথিবীনা লেংবদা
তুরোই-ঙাম্নোই চৎপগুম্ থন্‌বিপস্নু নখোয়না,
রাখল, মুংঙাইরক্তুনা ঈশৈ শক্‌চবদা
লোবীস্নু ঙাওতুনা চোইঙাং ঙাংবনি ।।

হেঞ্জিন্না থক্লুদ্রবদি হক্‌চাংবু ফহল্লি
মীওইবদা করিস্নু মাঙ্‌বা লৈতে থঙ্জোও,
মহি অসিতনি পূক্লুংদা মাঙ্খিগদবা
পৈশাস্নু মাঙ্‌বিদে মুংঙাইবগা থুংশিল্লবনি ।।

# হো হিহোনবা, হো হিহোনবা

নূর হবমান, নোংজাই

হো হিহোন্‌বা, হো হিহোন্‌বা
হোল্লক্লো ইনাক্ত নংগী হিদো,
লান্‌বিষু ঐবু অশোম, ব্লাংমদা
মুংশিবীগী থুঙ্গং ম্যৌবা ভম্নবা
হো হিহোন্‌বা, হো হিহোন্‌বা ।।

থাবল্‌গী ঈপোম্‌দা, থেংলবা অহিংদা
ঈথক্কী জগোই, নৌগী তাম্বাদা
কৌজেং হাৱৌ, তিঙ্গোং-কাঙ্গোংশিংগা
মকপ, শাতুনা ঈশৈবু শক্‌মিন্নবিবা
হো হিহোন্‌বা, হো হিহোন্‌বা

তম্লবো হিহোন্‌বা, ভাইবম্ববা চান্নবী'
হিদেন্দা লেপ্তুনা, ঐবু যেংনা
কবিগুম্বা মপাউ তম্মন্নবদি
তম্লবো ঐঙোন্দা কবি হাযবম্মী (মানা)
হো হিহোন্‌বা হো হিহোন্‌বা ।।

ভবাংদি হিহোন্‌বা নহাক্‌ নৈরম্‌দবনা
উনা উনা ব্লাবী শাবা ফংদনা
তোর্ব্বান্‌ ব্লাংম-ব্লাংমদা লেপ্তুনা
চাক্লা-চাক্লা যেংনতুনা লেন্‌খিদো ঐখোযনি
হো হিহোন্‌বা হো হিহোন্‌বা ।।

# পরিক্ষা ময়া নক্‌শিল্লক্‌

নূর্‌ রহমান্‌ নোংজাই

পরিক্ষা ময়া নক্‌শিল্লক্‌
যাওশড্‌ ময়া ওইশিল্লক্‌
ইবাং-লাংলে রাখল্‌সে
ইনৌ নৌরে থম্মোয়রসে ( ঐদি ) ॥

লাইরিক্‌ য়েংউ হায়তুনা
মামা-পাপানা চৈগনি
লাইরিক্‌ মাচুদ থম্‌গনি
রাখল্‌দি আদ য়ৌখিনি
থাবল্‌ চোংবৈ মখোল্‌না
নাপ্পসিদ য়ৈবনি ( ঐগী )
অসুক্‌ রাবা অসিবা
ইন্‌থংলক্‌পা ( গৌবন্‌ পুন্সি ) হায়বদে। ॥

ইমান্নবী কয়ানা
ঐবু হৌবা লাক্কনি
ভাইহৌবনি হায়দুনা
চান্নবদে। থোঙ্গাল্‌দা
পরিক্ষা ফেল্‌সু ওইনীংদে
কুংশি মা'গু কায়ননীংদে
ঐবু কপ্পাই তৌদোইনো
ঐবু করি ওইবসিগে ॥

# চিঠি থারক্‌খিদরে, চিঠী ইরক্‌খিদরে

নূর রহমান্‌ নোংজাই

চিঠি থারক্‌খিদবে, চিঠি ইরক্‌খিদরে
ঐগী থম্মোয়গী মাংগাল্‌সু হল্লক্‌খিদবে
মরম্‌ অমা লৈরবরা
ঐনা মাবু চীংনরক্লে, চীংনরক্লে ॥

মীৎ পাম্বোম, চোংতুনতা লৈরে
মঙ্‌লান্‌ কয়া'সু নুংঙাইতবতা মউরে
তুম্বা চাবা মফম্‌, খঙ্‌-ক্লরে
ঐগী থম্মোয়সে লৈতাদবে, লৈতাদরে ॥

লম্‌গী চেক্লা ওইনা ইনীংতম্না
ইশা অনি পান্‌শিল্লগা পাইনীংলে
মীৎকুপ্তা মনাক্‌ য়োৎজনীংলে
মীরমসিদা ঐ লৈঙম্‌দরে, লৈঙম্‌দরে ॥

ইবানিগী লৈনরম্বা মরি
শক্লখিবা রাশক্‌ কয়া
পুন্নমক্‌ কাউথোক্লুনা চৎপ্রবরা
পাম্‌জবা কনাগী মনাক্লুদা, মনাক্লুদা ॥

# অতিথিগী থম্মোয় পেলহল্লিবী নুজা

নূর রহমান, মোংজাই

অতিথিগী থম্মোয় পেলহল্লিবী নুজা
ওগী থম্মোয়বুস্থু নড়্মা পেল্হনূবীরো . . . ॥

পাক কায়নরবা দেবদামকুম্না
মুংশি কনা কায়নরবা ঐনি
কায়না রাখল্ কাউবা ওয়বা
চন্দ্রমুখি কনাবু থিবা লাক্পনি ॥

মেনকাবু ওম্জবী শক্হেন্বী নড়বু
শারো জগোই, শক্রো ঈশৈ
কদাই তোংলগে অঙোবা শগোল,
রাখল্গী স্বর্গ লৈকোল্দা শান্নজরগে ॥

ঐঙোন্দা য়াওবক্পা ইয়ল্পুম্বা
লোয়বা কংথোক্লবনি লোইনা
মসিনা মতীক্ চাদে থল্লস্থু
ইশাসে নঙোন্দা বক্লোপ্ থম্লগে ॥

# সিনেমা ড্রামা লীলা য়েংলুক্রবসু

নবু হবমান, নোংজাই

সিনেমা ড্রামা লীলা য়েংলুক্রবসু
য়েংববু হৈরবদি কুম্মে ঙাক্তনি,
খবরদা পাউ অমুক, পাকত্রবসু
রেডিও, টেলিভিজনদা পাউ তারক্রবসু
তাববু হৈরবদি পাউ ঙাক্তনি ॥

পাওনা বাজার, থাঙ্গাল বাজার
কালা বাজার, লাল বাজার
আলু গলি, হেলোই গলি
চোর গলি, ছোর গলি
য়েংলুবা খুদিং কুম্মে ঙাক্তনি ॥

নাবকী লৈরাং, লৈকোল্গী লৈরাং
গম্মাগী লৈরাং, গলিগী লৈরাং
লৈশক্ কয়ানি, লৈচু কয়ানি
মখল্ কয়াগী খোইমুসু ঙংলিয়ে
য়েংলুবা খুদিং কুম্মে ঙাক্তনি ॥

পৃথিবীগী রাজনিটি, ধর্মনিটি, রাবেম্নিটি
মক্কা, জুদো, কাবাদি, তাইকুন্দো
কুংফু লুমফু হৈতবা য়াওক্রবনি
য়েংলুবা খুদিং কুম্মে ঙাক্তনি ॥

# মীনা মহোংঙে

নূর রহমান্ নোংজাই

মীনা মহোংঙে
মীনা মহোংঙে,

অমরোম্, চৎলুই মী ওাক্ত
অমরোম, চৎলুই মী ওাক্ত ।।

মচী খুদিং কে,জি ফুল,
অঙাং মচা শঙ্ শঙ্
মরম, খুদিং হাইস্কুল,, কলেজ,
লৈশা পাথক্তু গ্রুপ্ গ্রুপ,
বি: এ:, এম: এ: চক্রিক্ নাক্রিক্
গোভর্ণমেন্ট থবক্ খালি খালি ।।

লমতুপ, খুদিং সিনেমা হোল,
গলি খুদিং হোটেল, দুকান্
থোঙ্গাল, খুদিং পান্ দুকান্
লৈরক্ খুদিং ইঞ্জিন্ গাড়ী
চিঙ্গবা য়াওদে, অহাঙ্বা লৈতে
কোত্তাদা মঙাইয়ে হাঙ্লিবা ।।

মীনা ঈশিং ঈচাওগুম,
অসুম্ অসুম, য়াম্থৎলক্
লম্না অসুম্ পীক্লশিল্লক্
পোৎনা অসুম্ তাঙ্শিল্লক,
কদাইদা লৈনি, কদাইদে চানি
চানবা লৈতে তখেল,থাঙ্ ।।

# চৎলো চৎলোপুক্রিং ব্রজ-বৃন্দাবন্দ

ন.ূর রহমান্ নোংজাই

চৎলো চৎলো পুক্রিং ব্রজ-বৃন্দাবন্দা
তম্‌জকরো ইবুংঙোদা গোপী থেম্বগী প্রেম্‌গী লৌশিং
শ্রীকৃষ্ণগী মশাং থিঙম্‌দনা গোপী লৈবদা
নোংমতম্সু শাগুনহনা খৎন চৈনবা য়াওখিদে
গুপ্ততংগী ঐনা সুপী অনিদং লোয়্রবদি
কাংজে অনিগী মরক্ত কাংজ্রূম্ ওইরে ॥

নোংমতা লেপ্তে অঙাং ময়াম্‌গী অন্দোলোন,
অমুম্ অমুম, হেনগৎলক্‌ই দাবী ময়াম্
চাগেগা থক্কেগা, শেংকেগা ইন্‌গেগা, লৈয়ুগা
মথোয় ময়াম্‌গী খোল্লাউদা নাকোংসু পংশিল্লে ॥

কুরুক্ষেত্রদা পান্দব কৌরব লান, শোক্লবগুম্না
মরম, লৈত লাম্লেংনৈ, মমা অনিগী অঙাংশিং
মমা মমাসু মচাশিংগী মীচংদা চোংথোক্লে
অমনা অমগী মশম্ পায়হনা কোয়নৈ ॥

নোংমদি ইমুংগী কল্লবা লাজ্ঞাওদা
কি য়োয়্রগা লোয়্না মনীংথোংদা চেন্‌গে হে৷ংনরিঙৈ
সুপী অনিমক্ চেম্ফোক্লুনা নামৈদা য়ান্নহনা
থৌরীচীংবিগুম্না ঐবু চীংহনা শান্নখি ॥

# মীৎয়েংনা তম্বীরম্লগা মুংশিবা

জহুমনি ইয়েংবা

মীৎয়েংনা তম্বীরম্লগা মুংশিবা
মিনোক্না তাকপীরম্লগা অপাম্ব'
ঙসিদি করিগী নহাক্না
সমায় লৈছনা চংশিনবা ।।

নফম্‌দা করি লান্‌থিছনা
অসুম্না মৈচাক্ পীরম্লিবা
হায়বম্‌খো নহাক্না অমুক্তা
তাক্লম্‌খো ইরাল্ ঐহাক্না ।।

মীনুংশি খংদ্রে' নহাক্না
সুহুগুম্ কল্লে' থম্মোয়না
থম্মোয়সিদা মৈরি চুবীরম্লিবা
মসিরা অপেন্‌বা নহাক্না ।।

# পোম্‌জরিবী লৈরাং ঐসে

জহেশনি ইরেংবা

পোম্‌জরিবী লৈরাং ঐসে
শাংখিসিরা লৈকোল্‌সিদা
তাক্‌খিসিরা লৈরাং লৈশক্‌
লৈকা ফম্না শাংকায়রুনা !!

ঙংবীরম্থু লৌনবা খোইমু-গু
কিজৈ ঐদি কিজৈনে
চীরোন্‌ হৈবা নখোয়গী
মীহৌ চাউবা নরম্‌চং ।।

তাক্‌চনীংব্রে লৈরাং লৈশক্‌
শাংচনীংব্রে লৈকা ফম্না
লৈমল্‌ চৈনাম্থু থাঙুম্লোই
মিনোক্‌ মৈশাম্থু কিজৈনে ।।

# তারখা শিঙ্গাংসু শেপ্‌খরে

চোংথাম, নন্দা দেবী

তারখা শিঙ্গাংসু শেপ্‌খরে
থাবল্‌গী ঈপোম্‌সু মাঙ্‌খরে
ঈথক্‌ ঈপোম,' তুম্মিন্‌ লৈখরে
নঙ্‌গী শকুম, ময়েক্‌ লায়রে ॥

নীংশ্রে মালেম্‌সু খঙ্‌হোদনা
কিন্নরশ্রে অতিয়াসু খঙ্‌হোদনা
ঐগী থম্মোয় লকাম্লুংনা
মৈরি থোঙ্গা চাল্লক্রে ॥

রাখল্‌ মমি শাম্‌খরে
মঙ্‌লাঙ্করে ঐহাক্‌ মঙ্‌লান্‌সিদা
নঙ্‌গী শকুম,' লাংঙ্গনা
থরায় হক্‌চাং পুন্‌থরে ॥

থম্মোয় পান্দরে ঐহাক্কী
মীসুংশি মাঙ্‌খরে রাখল্‌গী
পুম্নমক্‌ শুম্না মাঙ্‌খরে
থম্মোয়সে ঐগী ওইদরে ॥

# অমুক্ হন্না য়েক্লরোই নুংশি শক্তম

চোংথাম নন্দা দেবী

অমুক্ হন্না য়েক্লরোই নুংশি শক্তম,
আশাগী তুরিস্নু তেক্‌থরে
রাখল্‌গী শক্তম্ মাঙ্‌খরে
ঐগী থম্মোয় লকান্নুংদগী ।।

মমি শাম্‌থ্রবা ঐগী য়ারীশিং
অমুক্ হন্না খোম্‌জিন্নরোই
তাবীনবা মানা লৈত্রবদা
মাঙ্‌থ্রসনু মুৎথ্রসনু ময়েক্‌শিংদো ।।

রাখল্‌গী ঈয়াইদা তাউরিবা
নোংবেল্ য়াওদ্রবা ঐগী হিয়েল,
মায়কৈ খঙ্‌দা হোন্‌থ্রসনু
হুম্‌থ্রসনু লপ্‌থ্রসনু মফম্ খঙ্‌দা ।।

## ঙসি কাওবা কোঙ্‌'ম্‌দরি

তোংথাম, নন্দা দেবী

ঙসি কাওবা কোঙ্‌'ম্‌দরি
হুংশি নঙ্গী মকাদ
হায়রগে থম্মা হায়ভম্‌দরি
নঙ্‌ভবু হুংশিনবা থম্মোয়শিনা ।।

নঙ্না ইনাক্ত লেপ্পরবদা
লোয়্না শোক্তবি নঙ্‌'বু হুংশিজৈ
নঙ্না কায়থিনরবা মাথৈশিংদো
তিন্‌থি হাংল মাক্কু' ঈশোম্‌দা ।।

থঙ্‌বীথিত্রবা ঐগী হুংশিবা
তিন্‌খ্রসু থাবক্‌ ঈশোম্‌ব
ঈপোম্‌দ্রনা ঈশিং থইনা
শক্‌হোয়রসু নঙ্গী নামমা ।।

করিগুম্বা থঙ্‌বীরবা নঙ্না
ম্‌ৎচত্র'নি থম্মোয়' মৈরিসে
কোঙ্‌'ম্‌দবগী ইরাল্‌হুন্ন
কোক্রনি পুন্সি অসিমগী ।।

# নোংমা লাক্কনি খন্দুনা ঙাইজরি

চোংথাম, নন্দা দেবী

নোংমা লাক্কনি খন্নুন ঙাইজরি
লৈচিল্লক্ক চংলিব থাজদম্নু
ম্নুংশি নপাউবু হঙ্জরি ।।

লৈকোন্দা ফম্লগা নঙ্খু ঙাইরিঙৈ
লৈরাং শাংকম, খিরক,পা খোইমুদম্নু
হংজরিনে তত্তনা নঙ্গৈবু ।।

মুমিদাংবাইরম, পাইরক,পা চেক্লাশিংদম্নু
নঙ্বু ঙাইহৌরি তম্মীমু হায়না
তত্তনা চেঞ্জরি ম্নুংশি ঈপাউবু ।।

লাক্লো অমুক্তংদি ঐগী 'নাক্ত
ফোঙজনীংবা মুংশি ম্নাক্তাশিং
ইনাক্ত লেপ্পুনা তাম্লরো ।।

# নুংশি মঙ্লানগী প্রেম্ পুজারি

বিঃ এসঃ ছিদং

নুংশি মঙ্লান্গী প্রেম্ পুজারি
শোল্লবা রাখল্গী লংলানা
ফাঙ্ময়রোইনে নহাক্পু
পাইখরো চেক্লা ননীং তন্না ॥

ফৈরা রাঙ্ই লৈরাং শাংতে
পামেল্, নীংথি কাইদোংলদে
হো লম্গী চেক্লা তুনান্বী
থৌত্ নংঙম্, কপ্লিদা
পাইমা মুংদা থ্পচানৈদা
নঙবু নীংজমন্গীরা মীংলু পিরাং অসিবু !!

হাংল মালং ঈপোল্লক্তা
নুংশি ঈখৌ লাংতুনা
হো নুংশি নপাউ হঙ্লুবা
থাজ নোংইল কুমৈনা
ইকাই ফিরুক্ থুম্হল্লে
থাদোক্লবনি ঐদি নুংশি নঙগী মন্দিরসে ॥

## হো পুন্সি লম্বী চংপা

বিঃ এসঃ হিদং

হো পুন্সি লম্বী চংপা
কৈদনো চংখিন্থু লেপ্‌খো
তীঙ্খাং তুম্বৌ মরক্কি
শ্‌ক্রু উমং লম্বীনি ॥

তাইবড়ুগী মৈশা থক্রিক্‌ কাংজ'
নীংহয়রবরা পুন্সি হো লম্বী চংপা
লম্ফাংননা চংকে থনগ্থু
য়েরু' তীঙ্খাং নৈবনি
চোঙ্‌না চোঙ্‌না চংকেরা ?

পুন্সি ঈপাক্‌ ঈয়াইথক্কি
ঈথক্‌ কয়া। ঈরৈনি হো হ্নিহান্‌বা
তোর্ব্বান তয়া হোক্সিলকুউ
লম্বী লম্ফাংনগ্রগনি
নৌরেন পায়রি কাউগন্থু ॥

# চৎলগে ঐদি মীংবা কাঙলা

বি: এসঃ ছিদং

চৎলগে ঐদি মীংবা কাঙলা
কায়রবা খম্মোয়রগী মচেৎসে পুন্সি
মীংয়েং অমগী মীচৈদা
কায়রবা খম্মোয়সে থেম্‌ মিংদা
লাপ্‌থোক্লীংদা লাপ্‌থোক্লগে ।।

মুমিৎতুদনি ঐদি খম্মোয়রবা কায়খিবসু
খঙলসু মতাংগুম্‌ লেপ্পখিবা. ইম ভূদা.
য়েংগুম্‌দনা য়েংজখি ইমাইদ অনিনা
চীন্‌বাল্‌দদি নোংগা খুঙ্‌গোয়দদি কপ্‌চখি
খঙলয়োই হায়নদি খন্নুকো
মায়থোং অনিদা তাক্লিবা মমিদে ।।

লাপ্‌থোক্লবসু ঐগী হকচাং পোলাংনা
লাকচংগেকো খরায়সিদি মীংশিংবগী লৈকোন্দা
নিজহোগে মসিমতং নংগী নফম্‌দগী
পুন্সিগী পীরাং ফংজারোই হায়না
মুংশি মৈচাকসে থাংব রাববদা
পিবাংতনা মৎচগে কায়না মৈচাকসে ।।

## রায়োরাইপোংপু পুরুবী

বিঃ এলঃ হিদং

রায়োরাইপোংপু পুরুবী
মীগী ওইবু অরুবী
খেংজিল্লাক্রে মতমলে
চহলোনে ঐবু থাদোক্রো
খোগাল, রাখো লানুকুরবী
ঐবু থাদোক্রয়ো
মীলোক, মৈশা লাংকত্রে
থাদোক্রো ঐবু .... ... ॥
করিগী কনি পহ্‌লীদমক,
সুংশিবনা লোংদনা নৈরিঙৈ,
পহ্‌ং হায়বসে তমতগী
সুংশিবগী থুদোল, পোংনি
থুদোল, কচুদে হায়না
করিগী তেংথারি থম্মোয় শোক্রা ॥
তেংথারহু থম্মোয় শোক্রা
কম্রগম্ব অমুক, হম্রা
লাইবক্তা তম্রবনি খন্দুনা
তৈথোক্রোনে মীংকী পিয়াং
মথংগী মপোক, লাংওল, মৌত্রিকাও
মপোক, সিমতং কায়নখিসিকো ॥

# কাঞ্চনবগী অরোয়বা মীংকুপ্তা

বিঃ এসঃ ছিদাং

কাঞ্চনবগী অরোয়বা মীংকুপ্তা
কোংহ্রোকয়গেকো হুংশি হায়না
অঙাংবা সাড়ৌনা শক্থংহল্লবী
পল্লোন্ অমগী হো হুংশিবী ॥

পন্থংগীদমক্ খোৱাংনা পোক্কে
কাঞ্চনবগীদু য়াকবা লৈতে
হুংশি হায়বা অনিতবু
খঙ্বীরবা নহাক্না
কয়াদা লাইবক্ কণ্ঠবা
চন্দক্ মপোক্ অসিনদি ॥

শাংলবা মতম্ থম্লদি নঙ এ
লোইনছিনবা লাক্থিবনি
ইচীনসিনা হায়রম্থিদে
হুংশি হায়বা য়াহৈদো
নঙগী য়াইফবতা খন্দুনা
খঙ্মোয়দা ফুম্ছিনা থম্জখি ॥

## মতম্ অমদা থন্নায় ওইরম্নী

বিঃ এলঃ হিদং

মতম্, অমদা থন্নায় ওইরম্নী
লাইয় লৈকোল্দা শাংচগে হ্যায়রম্নী
ঙসিনা কনাগী য়াইককোন্দা
গন্নাগী লৈয়্যাংঙম্ লৈতেংশিন্বী
নাপল্গী লৈরাং লৈন্তুংশিং-ও ।।

ঙাইহাক্কী ইন্নাংদা কথোক্লবা থুংশিববা
লীশাংশিংনা য়াহৌরে থজিকবা ওহাক্তি
থুংশিববু মীয়াইবীহুনা
পাম্জ কাদা শাংব্রবী লৈয়্যাং-ও
হো লৈয়্যাং-ও
য়াইকবী ওইয়ুকো য়াইককোন্দুদা
য়াইকবী ওইয়ুকো ।।

করিগুম্বা মতাংদা নীংশিংলক্পা থোক্লবা
ঙাইহাক্কুংগী থোঙ্লোইনি থন্না কাউথোক্পীয়ুকো
হৌব্রবা য়ারীশিংদো অমুক্ নৌহৌনরবা
লন্দী য়ারীনি থন্না কাউথোক্পীয়ুকো
হো কাউথোক্পীয়ুকো
লেম্জনীংঙাই লৈত্রবা থাইনগী মরুপ্নি
থন্না কাউথোক্পীয়ুকো ।।

# অঙৌবা চেবাঙ্গী লৈরাংদা

বিঃ এসঃ হিদং

অঙৌবা চেবাঙ্গী লৈথারদা
অমুবা কালীগী শাথেঙ্গা
জগোই শাৱম্মী ঐগী কঁন্না
মনীং তম্বা মীংকী শিরাংদ্ধ
তাম্বা নাইহি চেবাঙ্থকসিদা ।।

লম্‌ঙান্‌বী মারুখোঙ্গা লোলোন্‌ নোঙ্গিংদৈ
শাগৎচথি মালংদা কুয়া কৱাম্ব
চাম্না মিনোক্পা কলপ্‌ৱবদা
হুংশি মীংয়েংনা তাঙ্গ্‌ৱকদা
লম্ফাংনব্রে ঐগী কললা ।।

অমুকী নোংহৌগুম, ঙাইহাক, ককবীরগা
লম্‌থাংদা মাঙ্‌হন্‌বীরে রাখল, টচেল্‌সু
হাড়্লা চেবাঙ্গী নিমায়সিদা
লম্ফুক্করে ঐগী কলম্‌সৈ
মনীং তম্‌হল্লে ঐগী কঁন্না ।।

## নুংশি থৌরিনা কন্‌বরা

নিঃ এসঃ ছিদং

নুংশি থৌরিনা কন্‌বরা
ইকাই খাঙ্‌না থৌবরা
মাবু ওসিদি খঙ্‌হল্লগে
নুংশি হেক্তা হায়রগে
পান্নুবা হেক্তা কৌরগে
হো মাঙ্গা — — ।।

নুজা ইকাইথীবি মপোক্নি
ওইনজবী হৌনশা
চীন্‌বাল্‌থোঙ্‌নী নুংশি য়াহৈ
তাবা ফঙ্‌দে হায়রুনা
ইরাল্‌ হেক্ত শীবদি
হৌনরিবরা 'সিবু
হো মাঙ্গা — — ।।

নিঙোল্‌ ঐবু নঙ্‌না য়ারোবা
নুজা পুক্‌চেল্‌ খঙ্‌মন্দে
লোম্না লাংচৈ খন্নোয়দা
তাইবঙ্‌ কনা খঙ্‌মন্দে
মৈচাক্‌ খাঙ্‌জৈ ইথক্তা
খঙ্‌বীদবরা 'সিবু
হো মাঙ্গা — — ।।

# ইঙাগী অমঙ্বা নোংমা

বীরাবতি

ইঙাগী অমঙ্বা নোংমা
খুম্জিন্খরে পুর্নিমাগী থাজবু
নহাকী মায়থোং মুংশিবস্থু
মুর' শন্নাংনা কুপ্খরে ।।

অহিংগী তাংলোসে থেড়্খরে
মুর শন্নাং হায়দোক্রোনে
থাজগী অমৃতবু খোরাংলবা
নোংইল চেক্লা মহাকৃস্থু
অমঙ্বা নোংবু রারোরি ।।

শম্জিগী লৈহাও মনম্দি
থম্মোয়বু তথক্ তথক্হল্লে
নহাক্তি ওইনবা লোইদরে
থাজস্থু শমায় লৈখিদোরে
থাবল্ ইপোম্ হোররক্রে ।।

# করিগুম্বা নঙ্না খঙ্লম্বা

**বীমাবতি**

করিগুম্বা নঙ্না খঙ্লম্বা
লোম্খোক্রবা পিরাংগী য়াকংসে
খঙ্লম্গনি নঙ্না ঐগী থম্মোয়বুসু ।।

কুম্জা কয়া থাবুম্ কয়া
থুংশিগী য়োংহিলংনা পুন্‌বিরবা
নীংতম্বা ফংজরবা
মঙ্গুরবা হক্চাং পোলাংসিনা
করম্বা ইরাল্নো হংজরি ?!

য়াক্চৌংগী গুলাব্ শক্হেন্বী
তিথং পাম্লি কাউক্রে
থুংশিজরুবা ইরাল্ ওইরম্মে
য়াখল্ চৈনা কত্থোরে
পুন্সি লাইমল্ ওইহোরে ।।

# খরান্ খাগী নোংজু ঈশৈগা

বীরাবন্তি

খরান্ খাগী নোংজু ঈশৈগা
ঋুলোন.গী ঈশৈ খোঞ্জেল.গা
অনিগী ঈথকু ঈপোয়া
নিংঙক্রে মালেম্ অতিয়া ॥

শায়য়ে লৈচিল.না উনাগী খাংপোক্‌শঙ্
নাকন্দা হৌরিবা উপাগী
উথাসিদা কন্নিংসি লাউ
ঋুলোন্ ঈশৈ তামিন্নসি ॥

ঋুলোন্ ঈশৈ শৈখুম্ব্রিবা নোংজুলক্তা
ইনাক্ত লাক্লবা নহাক্লা
খাংপোক্কী খোঙ্জিন্দা লেপ্লগা
ডাইরম.গে নঙ.না মোৎরক্‌পা ॥

## চৎলগে ওসিদি থাদোক্‌না নঙ্‌বু

বীনাবতি

চৎলগে ওসিদি থাদোক্‌না নঙ্‌বু
থাদোক্লগে তাইবঙ্ মিনোক্ মীচেৎনু
ইনাক্ত লাকৃতকো নঙ্ঙু নোংমা
তাইবঙ্ খোঙ্চৎ লমখৈ লাক্নুনা ॥

অভিয়াগী থমান, মৈয়াংনা
নঙ্গী লম্বী শেম্লম্‌গে,
থাজগী লম্‌দম্‌দা হৌম্নিবা
হৈখোং পাম্বী'গী মখোঙ'দা
ঐনা নঙ্‌বু ওাইম্নম্‌গে ॥

খোঙ্জোম্‌নুবী তরেং মশাইকোন,
নঙ্গী থাংপোক্ শায়ম্‌গে
নুপাগী ঈশক্ হৌম্মিবা
নিংথৌ তুরেল, লান্‌বদা
নঙ্‌বু য়েংনা নৌমাইগে ॥

# লেংজম্রক্পা ঐনা শিগী পরেং

লন্চেন্বা মীতৈ

লেংজম্রক্পা ঐনা শিগী পরেং
ওইরবদি নঙ্গী ওকী লৈতেং
তাহন্বীরো লেঙনা মীংপু পিরাং
কাম্রনথ্সু ঐগী থরায় হক্চাং ॥

শাগৎলুবা মুংশিগী মঙলান্ মুয়া
ওইপ্রসম্নু ঙম্রমক্ শিগী ঈরা
লুপ্প্রসম্নু পিরোম্‌ংদা ঐগী তাইবঙপান্,
মচেং তাথ্রবদা থম্মোয়গী তোর্ব্বান্ ॥

মুংশিবা নঙগীতা য়াইফগনি হায়রবা
পাম্ব্বা নঙগীতা মুংঙাইগনি নীংলবা
কংচয়ে নফম্দা পুক্নিংগী মুংঙাইবা
মপোক্ মপোকী হরাও তম্নাম্বা ॥

# রাহুং অমগী মীংকুপ্ অদুদা

শঙীতা জি

রাহং অমগী মীংকুপ, অদুদা
পাউখুম, অমদি পিরাং অহুনি
মীংয়েং অমগী ঈপোম, ময়ক্তা
মিনোক্, অমদি অহুম, মূংথরে ॥

আশা ঐগী লৈরাং শাংথিবা
থম্মোয় নঙগী লৈকোম্ংহুমদি,
মালি নঙগী লাইজ থীক্রবা
আশা ঐগী লৈরাং কংথরে ॥

অহিং মাগী ঈংলা মালংদা
পুন্সি এগী হিংবা তম্বীরি,
রাথল, মাদি মৈশা লাংলিক্তে
চম্মু নঙগী পুন্সি পাউখোঙহু ॥

# পুন্সিনা পুন্সিবু অরাবা পীরগা

ময়েংবম, হেমাবতি দেবী

পুন্সিনা পুন্সিবু অরাবা পীরগা
করিগী তত্তনা তেংথাব্রিবা থাস্মোয়না
হংলিবনি ঙসিস্নু রাহং কয়া
চল্লিবনি পাউখোঙ্‌স্নু থস্মোয়নুংদা ।।

'কায়নবা নংস্নু মীহুংশি থঙ্‌মন্দে
নঙ্‌তনা কপ্‌্হল্লে চোক্‌থরবা থাস্মোয়
ওইহন্‌বীরে পাংদবাস্নু নঙ্‌না এবু
পুন্সিগী কায়নরনি থঙ্‌কবা মাগী ।।

নংগী য়াইফবনা পুন্সিনি থল্লিবা
লৈহৌবা এগীনা পীরাংগী রারীনি
থঙ্‌হন্‌বীগনু মপোক্‌সিদা কায়না মৈচাক্‌
মুংঙাইনা তিংজ'বা পুন্সি' মাগী ।।

# শোক্লবা থম্মোয়না হুংনীংখি

মন্নেংবম, হেমাবতি দেবী

শোক্লবা থম্মোয়না হুংনীংখি
করিগী অস্থুন্না মীনশীরম্লিবা
থল্লুদেনে ঐবু মীনশীরম্মি
থাজকখনা নঙ্গুতগী মুংশিববু ।।

লৈহৌরেদো ঐদি কায়নবগী ঈপাক্তা
তিনখ্রেদো নঙ্গদি মায়াগী সংসারদা
তাইবঙদা নঙনা তশীরম্বা মুংশিবা
ওইহৌরেদো ঈশৈ অহাংবা মালংগী ।।

কপ,চবা নত্তনা করিদি হায়রুনি
থম্মোয় পাঙ্গ্রবা নঙগী নফম্‌দা
রারৌবদি লৈজদে ঐগী থম্মোয়না
নীংঙম্‌লবদি পোক্নি ঐগী পুন্সিনা ।।

# ঐগী মঙ্‌লান্দা লাক্লগা

ময়েংবম হেমাবতি দেবী

ঐগী মঙ্‌লান্দা লাক্লগা
করিগী কাইহৌরি থম্মোয়বু
করিগী লৈরম্বি নহাকী বারী
নীংঙম্‌দবনা থল্লবা খোঁদোক্‌শিংহুগী ।।

হায়রগী নঙ্‌না লোম্না নাম্নদা
কায়নরবস্থু হন্দক্‌ মপোক্‌সিদা
লেপ্লম্‌গে নঙ্‌তবু য়েংহনা
বৈতরনি তুরেল্‌ তোর্ব্বান্দা ।।

মীৎম্না অনিনা নঙ্‌বু য়েংলগা
মীৎলুদা শিহ্বখিবা পিয়াং
ঙসিদি তাইবঙ্‌ কাওরম্লে
মঙ্‌লাম্নি হায়বা কাউরকরে ।।

# লৈনি থল্লুই মৈ ওইরম্বী

সোনেশ্বর কোন্সম্

লৈনি থল্লুই মৈ ওইরম্বী
মৈনি থল্লুরে তারোইনে
থম্মোয়গী চুম্থাঙ্ মখোঙ্ ওইবী
নঙনদি হায়রু মুংশিবনি
হায়রু নঙ্দি লৈগী লৈনম্মি ॥

মুংশিংকী শজুম্দ হানৌগী অপোক্তা
অসুম্ নীংশিংবন ঐগী থম্মোয়দ
মসিনি মুংশিব নহাক্কী খুদোল্
ঈশিংদ লৈন লৈন' হুমাং শোইহন্ব / ওল্লাংহন্ব
নঙনদি হায়রু মসিমু মুংশি খুদম্মি
হায়রু নঙগী ওক্তাবী চাঁন্বাল্নদি
মুংশিবগী অয়োবা অরোয়বানি ॥

ওঙ্গান্ কুচুন মুংশি মিনোক্কি
মৈচাক্ খাংজবন ঐগী পুন্সিনি
ঙসিদি খঙলক্লে লৌনম্মি লৈগী
ঈপাক্ত লৈন লৈন' ঈশিং খোৎলাংব / ঈখো লাংতন্ব
নঙনদি হায়রু মসিমু মুংশি খুদোল্নি
হায়রু নঙগী নোক্নবী চাঁন্বালনদি
থম্মোয়মুংগী অয়োবী / অয়োন্ব মুংশিবনি ॥

# থম্মোয় লকা মৈহৌ মৈরাইরে

দোনেশ্বর কোন্সম্

থম্মোয় লকা মৈহৌ মৈরাইরে
শাবী মাঙ্গ নঙবু লোয়ুম্বা
মুংশিম্বী লাইঙ্ক ঈরীক্ থীকুনা
মৈম্ থলরো থম্মোয়' মৈচাক্ ।।

হল্ল্রাইরক্লরোইস্নু হায়রম্দে
মুংশি চেংলৌ' উদবা কুইরে
কুম্ওল্ খুদিংগী তরাও কুম্নোনা
মৈচাক্ হেন্না হাপ্পবা ওইরে ।।

লাংচরিবা মুংশি শক্তম্না
কায়হন্বিরে থোইন থম্মোয়বু
মরাল্ নৈত্রবা কুন্দো পরেং'
লৈনা চোইনা তারনি লৈমায়দা ।।

ঙাঙ্কেংনহল্লগ খোড়বুরোই
তাইবড়বু মঙ্লান্ ওইহল্লগা
কুম্ওল্ ফিজোল্ শেংনা লেপ্লরো
শাবী মাঙ্গ নঙবু লোয়ুম্বা ।।

# শাৎলু নঙ্‌ন মঙালগী লৈকোন্দ

দোনেশ্বর কোন্সম্‌

শাৎলু নঙ্‌ন মঙালগী লৈকোন্দ
হিংহল্লু ঐবু অমম্ব লোক্লুংদ,
মুংশিক্কব থম্মোয়গী মন্নাল্‌নি থন্ন
হিংলগে পুন্সি নঙ্ভগী য়াইকনবা ॥

কৌরক্কনু নচীন্ন থেংনব থোক্লব
নোক্লক্‌উ মিনোক্কু নোক্লব ওইহল্লু,
য়েংজহৌগে অরোয়্‌ব মীৎয়েং অমত্তুং
খঙ্দনব নাপল্‌' থোইচংনবী নহাক্কী
ওইহল্লু ঐবুদি মৈরান্‌বী মৈরিগী ॥

কায়নবগী উন্‌থানি তারিব থম্মোয়দ
লৈপুন্‌গী মিনোক্নি নোক্লিব নহাক্ক,
খাংজহৌগে মৈশান্নু মৈচাক্‌ কয়াগী
খঙ্হল্লোই নঙ্বুদি লেম্‌হৌব লাইমল্‌নি,
ফাওহল্লোই মৈশা' য়াইকথোইবী নহাক্কি
শাগৎলুকো চান্নবী পেন্নাইদবী লৈরাংঙুম।

## নোংমৈংয়া তাইবঙ্‌ মাকায়রে

খিংলাইজম্‌ শরতচন্দ্র

নোংথোর পুংখোনদা তাইবঙ্‌ মাকায়রে
নোংথাঙ্‌ লৈমক্ক জলোই শাবক্কে
নোংমু ঈশৈনা মালেমদা শিন্নরে
কুম্‌শী নোংছো লাক্কে লাক্কে ।।

কুম্‌শী নোং চুরে চুরে
মালেম লৈদা হৈথরক্কে
নোংজৌবী চেক্লা হয়াঙজরে
অমৃত লাইজ পেন্না থক্চরে ।।

নোংমু ঈশৈ শক্কে শক্কে
হৈপাল লৈপাল উপাল মাপাল,
থম্মোয় পেন্না মুংঙাই মিনোক্কা
ময়োন, চোঙ্‌লে ইনৌ - নৌরে ।।

# কাইহৌবীরবু ঐগী থম্মোয়বু

থিংবাইজম শরতচন্দ্র

কাইহৌবীরবু ঐগী থম্মোয়বু
কাউ'খে মতমচুনী য়ারীশিং
মীহুংশি থঙ্‌, ত্রবা নঙগী শক্তম
নীংশিংলরোই ঐগী থম্মোয়না ।।

পীরবু চৈনা ঐগী থম্মোয়দা।
থেমজিল্লগে রাখল' ঈথক,
অনৌবা আশাগী মিনোক্না
পুনবীরবু ঐবু অমুক ।

থম্বীরো ঐদু বসন্তগী য়েম্লিংগুম
ময়োল চোঙ্‌, লক্লিবী লৈরাংগুম,
লেপ্পরগে ইনীং তম্না
কনাগীসু মপাউ তাদনা ।।

## থাজনমু থোক্লি পুর্ণিমাগু ওইরি

থিংবাইজম শরতচন্দ্র

থাজনমু থোক্লি পুর্ণিমাগু ওইরি
মালংমু ছুম্নি লৈনমগু নম্নি
থাবলগী অহিং মুংশিগী রাশক,
নীংশিংহল্লে অচুঙৈগী থোদোক, ॥

মেরা থানিল্গী চীরুব অহিং
পুথি ময়াগী সনারৈ লৈকোন্দা
মাপা ঐপা কমদিম্নথিবা
নীংশিংহল্লে ওসিগী অহিংসিনা ॥

মাগী পাম্জবা ঊশৈগী শৈহেক,
তাত্রে ওসিদি খোয়রাংবা হেল্লক্রে
মুংওল্ ইতৌ থওংশিন্নত্রবী
মহাকুগী মিনোক্লা থাবলসিবু
নীংশিংহল্লে থাবল্গী অহিংসিনা ॥



## ঐগী : মঙ্‌ [illegible] ; [illegible]

খিংবাইজম্‌ শরতচন্দ্র

ঐগী মঙ্‌লাংদা লাক্‌না
নুংশি চৈয়োল্লু্‌ ঙৌরবী
নঙ্‌না পাম্লিব কল্লিদো
তম্রো নপাক্তা ঐক্লোন্দা ।

জগোই শাদ্দিকা কৌবাক্তম্‌,
চোইর' শঙ্গাংশী মরুমদা
খাজবু ওম্‌জবী মায়খোঙ্‌'না
মোমোন, নোঙ্কা য়েংলবী
নঙ্‌না পাম্লিব ... ...
তম্রো ... ... ... ...

থম্মোয় মাতমা থাঙ্‌লিবা
নঙ্‌তগী নুংশি মৈচাকী
মৈশাবু কংহল্লোই থল্লিবী
মতম অমগী চায়বী
নঙ্‌না ... ... ... ...
তম্রো ... ... ... ...

খোংহাং মৈয়ক্কে থম্মোয়দগী ৯৬

...স্বুর পান্বদা স্থুংঙাইগনি। রাহৈ-রাতা কজৈ, চঙ্খোল্লি। অস্তর: অহুম শুরক্পাদিদি রাহৈ শুনা কোঙদোক্পা ঙমদবদগী ওইরম্গনি, কজনবগীনি খল্লি।

**অসেম বিমলা দেবী**

...ঈশৈ ময়েক্কী লাইরিক কোঙবীরকপাসি য়াম্না স্থুংঙাইজৈ মরমদি ঈশৈ শকপা/শকপীশিংগা ঈশৈ ইবা/ইবাশিংগা অনীসি অমনা হকচাং পোলাংনি অমনা থরায়নি। ...শৈরেংবশিংগা ময়েক্ত, কলাকারনা থরায় হাপ্লগা ঈশৈ ওইনা পুখোকপান।

**এ, জমুনা দেবী**

...লাইরিকসিদা, পুন্সিগী মরম্দা হায়র্বাদ অরা-স্থুংঙাই, নুংশি-স্থুংওল মহৌশাগী শক্লোনবু শৈথাবা ঈশৈ কয়া য়াওর॥

**অহৈবম শ্যাম, সিংহ**

...মণিপুরগী ময়াই ওইরপ্লা লিরবা শৈরেংবা-শৈরেংবীশিংগী রাখলবু কোঙদোকল্লি। ....পুন্সি রারীগী তাক্কক কয়াবু কোঙ-দোল্লগা থম্মোয়বু পেলহল্লবা হোৎনৈ। ...কোঙদোক্পগী মওং মান্নদবনা শৈশকপা-শৈশকপীশিংদা স্বুরগী ঈনোৎ হাপকনি খল্লি।

**এলাংবম নেত্রজিৎ**

লিংলুরবনিনা ঈশৈগী লৌবুক্তা স্থুংশিবগী শৈরেংদো/পাম্বীদো, হার কজনা হাপ্তুনা, ঈশিং নীংথিনা চাইবিন্থনা মহৈ-মরোং চুমহনবা তাই।

**নবা শর্ম্মা**

মীওইবনা অরা-স্থুংঙাইদা ঈশৈ ঙংহুনা থম্মোয়বু থেমজিন্জৈ। ....অরা-স্থুংঙাইগী থম্মোয়দা য়ৈরকপা খোম্থাংবু পাউদল্লি শৈরেংবা-শৈরেবীশিংনা। পাউদমহুবু পাউথাঙ, য়ৈহঞ্জবতনি শৈশকপশিংদি।

**থাইদেম থোইবা**